ꯑꯩ ꯅꯩꯇꯦ ꯍꯥꯌꯌꯨ

# ঐ নৈতে হায়য়ু



ꯁꯣꯏꯕꯝ ꯇꯣꯝꯕꯥ ꯂꯨꯋꯥꯡ

সৌবাম তোম্বা লুৱাং

# ꯑꯩ ꯂꯩꯇꯦ ꯍꯥꯌꯌꯨ

# ঐ লৈতে হায়য়ু

ꯁꯧꯕꯥꯝ ꯇꯣꯝꯕꯥ ꯂꯨꯕ꯭ꯔꯥꯡ

সৌবাম তোম্বা লুব্রাং



ꯄꯦꯡꯉꯕꯥ ꯄꯕ꯭ꯂꯤꯀꯦꯁꯟꯁ

ꯏꯝꯐꯥꯜ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ

পেঙবা পব্লিকেসন্স

ইম্ফাল ঃ মণিপুব

# Ei Leite Hayyu

(A collection of 36 poems by Soubam Tomba Luwang, published by Pengba Publications, Imphal, Manipur)

## ꯑꯩ ꯂꯩꯇꯦ ꯍꯥꯌꯌꯨ

## ঐ লৈতে হায়য়ু



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা থোকপা | : | নবেম্বর ১৪, ২০১৩ |
| | | হিয়াঙ্গেইগী ২১ নি পানবা নোংমাইজিং |
| অফোংবা | : | পেঙবা পাব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, মণিপুর |
| মমল | : | লুপা ১০০/- |
| কোপি মশিং | : | ৫০০ |
| হক | : | অইবা |
| মখুমগী মওং | : | অইবা |
| মখুম য়েকপা | : | লাইবেঙ্গম জয়চন্দ্র সিংহ |
| লাইরিক ফংফম | : | ১) পেঙবা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, মণিপুর |
| | | ২) অইবগী শঙ্গায় |






নম্ফম : থৌজাল শৈবা প্রেস, বিমস সাউথ গেৎ, ইম্ফাল।

# পেঙবাগী মাযকৈদগী

লমদমসিগী মমিংতা ঙায়শিল্লক্লবা তাঙলবা ঙা "পেঙবা" বু নুংশিজবদগী "পেঙবা পব্লিকেসন্স" হায়বসি লিংখৎচখিবনি। তাঞ্জা চান্নকদুনা ওজা সৌবাম তোম্বা লুরাংগা থেংনকই। অনিংবা, অপাম্বা ফনা যাম্না মান্নবম্বদগী লম্বী পুনখি। ওজা অসিসু পেঙবাবু যোকখৎপা পামজবা মীওই হায়বদু ওইবমখি। লাইবিক ফোঙগদবা লৈববদি পেঙবা পব্লিকেসন্সতা ফোঙসি হায়না হৌদোক্লুই, ওজানসু হবাও-হবাও যাবিবকখি। থোয়না হেন্না নুংঙাইজবিবদি পেঙবা পব্লিকেসন্সকি অহানবা পুথোকচবা লাইবিক ওইনা ওজা অসিগী "ঐ লৈতে হায়য্" হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইবিক অসি ফোঙজবা ঙমদুনা মীয়ামদা খুদোল তম্বা ফংজবা অসিনি হায়বা তাই।

লাইবিক অসিবু ফোঙনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিবকখিবা মীওই পুম্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

৭/৯/২০১৩ পেঙবা পব্লিকেসন্স

থাংজ

# থম্মোযদা ৱাম্মৈ

ঐসে মীদি ফত্তবজাংনি। চৈনিংবনা, মীসে চৈনিংবনা, পংচৈদা-চৈনিংই। অদুবু, চৈবদি ঙমদবা, পাংখিদ্রবা মীনি। ৱামৈগুম থম্মোযনুংদা ওমদুনা অদুম লৈববা, খৌবি চবম যৌনা। কবম্লসু চৈকুগনি দেমোক্রেসিনি হাযদুনবু। চৈফম চাদ্র'দি চৈফম ওল্লকপসু যাবিবনি। মদুসু ইশা খংজদবা নত্তে। চৈনিংলিবা মীশিংসিসু অতৈ কনা নত্তে, ৱাযোং চাখিদ্রবা লৈঙাকপা অমদি লৈঙাক্লিংবা মীওই ঙাক্তনি। চৈ ঙর্মদ্রিসে ঐদা নত্তে, মযামসুনি। অদুবু, ইযুমদদি ঐসু ফনা কল্লিজাংনি। ইমুং-মনুং লৈফম খংদে ঐনা নুংশিদবশিংদু চৈবদা। চৈমল্লদনা, মমৈথংদদি ঐগী লোযনবিগা, ইচাশিংগনা মখোয মশাসি ঐনা নুংশিদবা মীশিংদু ওইনা খঞ্জববজাংনি। অদুনা, উন্নবা যাদ্রে, ওনশিন্নবা যাদ্রে ঐগা মমা-মচাগা।

ইকুনিংবগা থোঙ্গা তেকপগা চপ মান্নে হায'দুনি। শৈ'বেং কন্না ইনিংলিঙৈদা চৈনিংবদুগা মপা ইচা-চান্নকই। যনবু ফবে খল্লি, কুম লাঙনানা নাববা মীগীসু অবোইবা থৌনা অমদি লৈ হাযনৈ। শৈবেংশিং অসি ঐগী শাফু কল্লবা মীচৈনি, ৱাযোং চাদবা মীওইশিং অসিগী মথক্তা। মীচৈ অসিগা মখোযগা কযা যাম্না লাপ্পবিবগে হাযবসিনি ৱাহংদি। অদুবু, মখোযদি উচিগুম্না নিংঙাইদনা চিক্লি খুন্নাইসিগী শঙবায, থুম্মোক, ইন, কাঙখল, কমেপোবর্নাচংবা। চিকথংপগী মখোলদুনা ঐগী মীচৈ অসি নমহংলম্বসু যাই। অদুবু, কবিগুম্বা তাবা থোক্লবা, মীগী চিম্থাংদগীবু ওইবে, পাউথাংদগীবু ওইবে, নংত্রগা মমিংমক্লবু উজববদি ঐগী শৈবেংশিং অসিগী মথ্বায পাল্লে হাযজনিংই।

অবোইবদা ঐগী শৈবেং লাইবিক অসিবু ফোঙর্বিবিবা পেঙবা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি। অদ্গা, ঐগা লুনা তিন্নজবা ইযাম্বশিং, দাঃ যোদ্ধ চন্দ্র সনসম অমদি সলাম তোম্বা অনিবুসু কাউবা ঙমজদে।

৩/৯/২০১৩ — সৌবাম তোম্বা লুৱাং

লৈবাকপোকপা

# য়াওরিবশিং

লৱাইদা মীশুল অমা/ ১
শউনগী জেকেৎ/ ৪
মখোযনা ঐখোয়/ ৮
ঐ লৈতে হাযযু/ ১২
নিবমহল/ ১৭
ইচাথোইবীগী চক্রবিহ্/ ২১
চিংনবা/ ২৫
ভদ্রগী হিবম্বী/ ৩০
শখিগী খুদৈ/ ৩৬
লাই শিখ্রে/ ৪০
ভাবত বত্না/ ৪৫
চান্নবীগী মূর্তি/ ৪৯
অম্বাবি/ ৫৭
কংলা এক্সপ্রেস/ ৬০
লেপখো ভোং/ ৬৭
ইক    ''/ ৭১
শিদ হিদাক/ ৭৫
ঐখোয ইমা চং'তৌবে/ ৭৯
অথৌবশিং যাওবিব্রা/ ৮২
তাং মচা মচা/ ৮৬

মেপ যেক্লি/ ৮৯
কু কাববাব/ ৯৪
পৃথিবী কায'দৌবে/ ৯৯
নঙনা তুমিন লৈবদা/ ১০৩
ঐখোযগী অমেবিকা দুকান/ ১০৭
নমিং হোংউ/ ১১৩
শেবোং মবি/ ১১৭
মঙাবক কানবি/ ১১৯
ঐ মঙফম তৌবি/ ১২৫
ঐ লৈবি ব্রাকনু/ ১২৮
শৌগ্রিগী নিঙতম্বা/ ১৩১
ওজা ইবেমহল/ ১৩৭
হাঙলবা চাকখাউ/ ১৪০
হল্লক্কনি থাজদ্রে/ ১৪৩
ইমা কৌবা তাদে/ ১৪৫
ফোতো যেংলি/ ১৪৭

## লব্রাইদা মীহুল অমা

নোংমা নুংথিল অমগী থৌদোক্লি
সনা সডক লমজাউদা।

"ঐ নঙবু হাৎকনি"
নীপা অমনা হাযবকথি
যাম্লা শাওনা, খোঞ্জেল নিক্লা
খোঙনা চৎলিবা ঐগী তুংদা।

কোকচাউবী ফুঙ কাখি
লব্রাইদা মীহুল অমা
চপ যুংনা চেনখৎলদুনা।

চৎন-চৎনা খল্লকই,
"শোযদ্রেদনা ঙসিদি ঐ ।"

তাঞ্জাদুদা মশেন-মবাং উবগুম তৌবকই
অপিকপা খাঙপোকশঙ অমা
ঐগী যুমজাউদুগী মমাংদা
ঐমক্তি শুমাংদা
ঐখক্তগী ওইনা শাবিবগুম।

অমুকসু তাবগুম তৌবকই
শৈহেক নাইববা পুন্সি ঈশৈ
মাঙ্গং, ঝালগী তান্থাদা
নাকোং শিংজা যৈনা
ঐবু কদাযদনো'মা পুগদবগী।

চৈবক্তুদা উবকই ঐগী লোযনবী
মাগা অহানবা উন্নখিবা
থম্মোয অনিনা অমত্তা ওইখিবা
লুহোংবা নুমিৎকী তেল্লবা অহিং।

হাযফেৎতং নিংশিংই
মমি শমি ওইনা
ঐগী পিক্লিবা ইচাশিং।

অদুবু,নিংশিংবা ইথোক-থোক্তবগুম তৌই
ঐগী পলেম-পম্বৌ অনি।
নিংশিংবা থোক্ত্রে নত্তে
শুক্লিং-নিংশিংখিদ্রে মদুমদি।

অদুবু, কাওবদি লৈত্রি
লিবিবম্বা ৱাবি, তম্বিবম্বা ঈশৈ ঃ

"হনুবা-হনুবীনা পান থাবম্মী .
পান্না লেপ-লেপমুক ৱাংই ।"
" থা থা থাবুঙতোন
নচা মোবাম্বী পোবিগে ।"
"তে তে তেনৱা
কৈশামপাৎকি তেনৱা ।"

চেন্থখি তুবেলগী ঈচেল
পৌববা লৈঙোই মবক্তা
হন্না যেংখৎলম্বা তৌদনা
কৈদৌঙৈদসু।

শঙলিংবদু যেংনিংখিদে, কনানো
যেংজবসু ঙমখিদে কিজবতনা।
চেন্থবক্লিবা পিগী ঈচেলদু তৈথোক্লুবদা
খোঙনা অদুম চৎলদুনা লৈবম্মী, ঐ
হিংনা হিংনা, খোঙনা অদুম ।

ঐগী মঙথোংদু ইহাং-হাংলক্রুবদা
খংযেং-যেংথোক্লুই হন্না
শঙলিংবদু লৈবিব্রা ?

অদুগদি !!
মশা নানবা নীপা অমা চৎলম্মী
মখোঙনা মোং-হাদনা
মোবাইল ফোন্দা ৱাবী শাবদুনা
মোমোন মীনোক্তা নুংঙাইনা
নৌনা শেল পাযখৎলকপগী মীনোক্তা ।।

# শউনগী জেকেৎ

মানখ্রেদা মসিবু, ওম্বোক্লা মানখ্রেদা !
নৎত্রনে, হুঙ মান্নিদা
ঐখোযগী শউনগী জেকেৎতু।
খজিক্তং তৎপনি জেকেৎকি খুদাংদুদা,
শেগাযনহে, হৈমা শেগাযনহে!

খঙহৌদনা খল্লকপনি মৌনহা অমগী মপুক্লিংদা
নিঙথমথাদা তোযনা লিৎপা
মাগী মপুবোইবগী জেকেৎতু মানমনখ্রবদুদা।

যাম্না হেন্না ঙকচবিবদি
জেকেৎতুনা শিল্লোংদা লৈবম্বদুনি।

মদুসু, ফিভম চানা য়াম্দুনা লৈবম্বা
মৌনহা অমগী ইমুংদা
তনাপ-তনাপ্পি, মশক-মতৌ চঙখোনবি
মৌনহা অমগী ইমুংদা।

হায়ফম খঙদে, তৌফম খঙদে
চঙশিন্দুনা মনম হেক নমনিংলুই জেকেৎতু।
চিংনবগী চাংদি সনজিংমুক ব্রাংখৎলকই
জেকেৎনা মখোঙ পান্দুনা চৎপদি ঙমদবনিনা।

নোং খাক্তনা ব্রজা তাবকই
মৌনহাদুগী শাববা লব্রাই লেম্ফুদুদা
খঙহৌদনা অঙাং অমা উকবদা,
কাবক চাউববা অঙাং অমা
ইমুংদগী হেক থোক্লকপা উকবদা।

অঙাংদুগী নাতোন নাকচি, চিনবান তাবা
কযাদি মান্নবে জেকেৎকি মপুদুগা।
মমিৎ অনি, মবাইবক, মশমদুনা
কেবোল্লো হৈজিল্লে শিল্লোংগী মৌনহাদুগা।

ঐবুনা ঙসিতা কোযবা পুবিবি
অদুগা, মানা কযাবক হন্না কোয়বম্লবা শিল্লোংদা
হঞ্জিন-হঞ্জিন মশিং খংদনা।

হুবানবগী তবানি মপুগী নোংমা,
নংহৌদ্রে জেকেৎতু লোৎশিনবা।
নৎতে, নিংবু-নিংশিংলমগদ্রা লোৎশিনবা হায'সিবু
মশাগী ইমুংদা, মশাগী মপোৎ।

খঙহৌদে মপাম উবকই
খাযনবা, পুন্সি চুপ্পগী খাযনবা।

নত্তে, মদুগী শকক
নিংশিংলকই খ্বাইদগী লাযবা পাম্নৈ
থৌবি কোঙ্গোয, চাকশঙগী ফৈবেল।

মওল-মওল খল্লি মৈ হৌনা ,
নত্তে, মদুগী শকক হৈজ্রাং
মোবোক অতেকপা শোযবা হৈজ্রাং,
হুঙ . চবৎ-চবৎ হেক থিন্দৎপা জেকেৎসি
মদুতদা পেনগনি থম্মোযসে।

নত্তে নত্তে, মদুনসু পেল্লোই
কাতি অচৌবা, কাতি অথৌবা
তুবৎ হেক চপথৎপা
জেকেৎকি খুদাং অচোনব'সে।

"মম্মি খুৎ হাম্মো, চাক চাবসে"
মমিৎ মনা খংশিং-শিংই
মৈগী চীঙ ওল্লিবিদু
নুংশিববা অঙাং অমগী খোঞ্জেল তাবদা।

মপুক্লিংদদি ৱাবৌই থৌগল্লোল খংদে
অদুবুদি মপাগী মচানিদনা।
হুঙ ঐঙোন্দবু মম্মি, চুল্লিব্রা "।
ইমাহল কৌফম থোকপনি
ৱাবৌদবা ঙমদে মপুক্লিংদা।

ইমাতোন কৌবদি শুকযা-যাবোই
কবিনা,
ঐদি লুহোংদুনা লৌবিবনি।
অদুগা মাদি কবি ?
হৈবাং লোঞ্জা-চা

## শউনগী জেকেৎ

লৈবাং লোঞ্জিন-চিন
খোযজিখাদা মীতল্লকপা নরানি।

ইস' লুবিকো তৌঙশ্বা-তৌঙশ্বী অনিসে
লুহোংলম্বসু যাই লোন্না
শবি ৱাশক্লবদুনা
তাইবঙ মপুগী মমাংদা।

কনানবু খংবা, তম্ববু ঙন্না
অঙাংসিগী মমা যাইমা অমা লৈবম্বসু
নংত্রগা, খুৎ থেকপদা যাওদবা
মমাহল অমা লৈবম্বসু।

ইস'
অদুগা ঐদি কবি ওইববা ?
অমদুবা !
মাংজবেদনা ঐদি
থিখ্রেদকো ঐগী লাযবকসে।
পেল্লবোই ঐ শুকপেন-পেল্লবোই
খোঙ-খুৎ শৎ তিংথোক্লগা
ও-খোঙনা কপ্লসু।

অদুবু, ওইনিংবা ওইজসনু
হাযনিংবা হাযজসনু
অঙাং অসিদি কযাদা নুংশিখ্রবা
কবিসু খংজদবসিগী কবি মবালনো?
ফব'সু ফৎত্র'সু ঐখোয নুপাগী মচানি ।।

# মখোয়না ঐখোয়

য়োং মাযঙাংবিদুনা মুন্না য়েংই
শাবঙ মনুংদগী মমিৎ কুপ্তুনা
জু য়েংবা লাকপা মীশিংদুদা।

অদুগা, কবিনো'মা খনখি'গুম তৌই
শকফম ইহন-হঞ্জিল্লদুনা ঃ
কবিনো ! ওহ্লোক্লা মোৎতায-চুদাযনগ্রেদা
চাইকংকা ইতা-তাবদনা
ওহ্লোক্লা হৈনদে উবদা
ইনাক্তকা নকশিল্লক্কনি খল্লুবদা ।
মমিৎসু থনুং যৌবে কুৎলিবা

### মখোযনা ঐখোয

চবিসু ইতৎ-তৎনা উবে
চবা তোযনা হেল্লবগুম
কবি মতৌনি হায'গে 'সিদি !

এ ! অমত্তকা নত্তে'হে ফিভমসিদি
কযাদা যামখ্রবা মীযাম্লো
হোজং অসিদা থোমজিল্লক্লি'সে ।
কবিনো, মখোযসিবু ঐখোয যেংবা লাক্লিব্রনে ?

থাজদে চিংনৈ, ওইবম্রি নিংদে
কবিনা !
মীনা মী মান্দ্রে
জু যেংনিংবগী মীৎযেং নৎত্রে ।

শানা খংই শাগী লিক্লম
শাগী মীৎযেং, শাগী মনম ।
শানা খংদনা কনানা খং'নি
শা ওল্লক্কদৌববা মীগী মীৎযেং-নাযেং ।

কবিগী হৌনবগা লাক্লি জুদা
খুল অমা হোংলকপদৌনা
নুপী-অঙাং, হনু-হন্থি, ঙম্মক
যিজেৎ-ফিগায যোল্লদুনা ।

হুং ! মওং অমনি মখোযগীসি
মখোযনা ঐখোযবু যেংগিদৌবি'বা
নৎত্রগা,
ঐখোযনা মখোযবু যেংগদৌবি'বা
নৎত্রগনা, মখোযগী মীৎযেংসিনা কবি ?

ঐখোযগী মহুৎ শিল্লগে অসিবা
মখোযনা ঐখোয,

ঐ লৈতে হাযযু/।

### মখোয়না ঐখোয়

শাবঙ মনুংদা মনিং-তম্না
ব্রাংত-পাদা, শোয়দ-ঙামদা
ব্রাখল লৌশিং-থোক্লা।

অবিবা খুন্নাইদা হঞ্জিনবা পাল্লবা হায়'দুবনে ?
ওন্থোকইদা, মাংদা খোংকাপ লাওনা থাংত্র'দুদি
থা যৌনা অহাংবা অতিযাদা
পাক্লবা মালেম অসি লান্থোক্লুনা।

অদুগা, কবিগী খুন্থোক্কে থল্লি
পিক্লবা শাবঙ মনুংসিদা।
হিংবগী আশা মাংলবা হায়'দুবনে ?
নত্তে, ন্যুক্লিয়াব মিসাইলফাও' শাত্র'দুদি,
হৌনদে-হৌনদে থব্রাযনা থব্রাযদা
মিসাইল মতোন ওনসিনবা।

অদুগা, লৈকংলা ওল্লবা অহিংপুঙসিদা
ঐখোয়না মখোয়, অসিবা!
মচানা মপা হাৎলবা
মপুবোইবনা লোয়নবি হাৎলবা
লোয়নবিনা যুমহোং তোয়ববা
উমং-ব্রামংনা মক ইকোক-কোক্লবসিদা
ঐখোয়গী শৈদাংফম্না কদায়দা ?

চবাংনববা লৈকংলাসিদা ঐখোয়দি কবি ?
বোক হিংচাবগী চাকথাক
পালি নাইনা হিংজ্রোং-কাইজ্রোং
ইচাশিংগী মমাং, লোয়নবিগী শেগাদগী।
ওহ! ওন্থোকপা হায়'দুনি।

অকুবা মবম অমদি লৈবে
মীৎযেংসিগী মকমদা।

## মখোযনা ঐখোয

ও   ! মসি নত্তনা লৈতে,
ওইগনি, শোযদনা ওইগনি।

মখোযনা ওনখি ঐখোযদগী
মীহৌবোলগী মতমদা
অদুগা, হৌজিক্কা অমুক ওহ্লোক-ওনসিন
অওং-অপা শাবদুনা ।

হুঙ ! অকবা তানফম য়ৌবক্লে
শেমদবা যাদে অপুনবা লুপ
ঐখোযগী হক মাংদনবা
শাবঙ মনুংগী হক কন্নবা ।

তৌহৈদে, যাম্না তৌহৈদে
মখোযনা ঐখোয
ঐখোযনা মখোয ।।

# ঐ লৈতে হায়য়ু

লাযববা নিপাদুনা হেক হেক হায
মাগী মযুম তাকপদা ঃ
"মখোল যাম্না রাংবা
ইনাকখুনবা মীনিস্তবগী দলান্দুগী
অরাংথংবদা লৈবিবা খাংপোকশঙদু
অতৈ কনাগীসু নত্তে, ঐগী যুমনি ।"

মাগী খাংপোকশঙদু উকম লাংদুনতা লৈ
ইনাকখুনবগী দলান্দুনা লুমশিনখিবদা ।
ইনাকখুনবদি পাম্মী লাযববা নিপাদুসু
অদুবু, পামদে, হৈনদে, তুকৎচৈ

## ঐ লৈতে হাযযু

ইনাকখুনবগী শাজৎ-লিচৎতুদি।
ইকাযখাংদগী কং কোৎপসু নত্তে লাযববদু
নত্তে, অঙ্গুব শিনবসু।

তৌবগীবুদি লাযববা নিপাদু
পুঙ্গিবু মশক মুন্না খংই
অদুগা, থৱাযগী শিজিন্নফমসু।

ইনাকখুনবদুগী থৌনা !!
পাক্লা থেংনদে মীওই কযাদা
পাক্লসু ফংদে হোৎনব'সু।
ফংনিংবর্নদি খা-বাই খংদে চেল্লিবা
শেল পাযবদা ঙাওজবা মীওই কযানা।

অদুবু, লাযববা নিপাদুনদি থৌনাদু কল্লক্তে
হায পুঙ্গিবু লল্লোনবনি,
থবাযবু লগাউগী লাযুমদা থার্বনি,
মদুসু মুন্দাদা।

মুন্দাগী পুন্সি লম্বী তেল্লি
মখোক লোযগল্লি, কেনগল্লি
লৈমাযদা তাবগা হেক্তা পুম্বা হৈবাঙ্খোযগুম

অদুনা হায লাযববদুনা ঃ
"ইনাকখুনবদু মথৌনা লৈবা নত্তে
থৌনাবু লৈবগা শিজিন্নবনি
শিঙ্খল তবেৎকি মথক্তা থুনা যাহিপ্পবা।"

চংঙা! চংঙা! চংঙা!
এ! নিক্লিসে নোংপোক্কা-নোংচুপকনি,
চিংখাযবক্তে খা-ৱাং অমুক
পাকথৌ-পাকথৌ, চংঙু কাঙ্খদা।

তুথবকই ইনাকখুনবগী ব্রাংলবা দলান্দু
শাফু কন্না মখাবোমদগী অব্রাংলোমদা ।
নম্থেকখি লাযববগী খাংপোকশঙ
লৈবম্মী হাযবফাও' খঙদনা ।
লৈতেম মান্নখ্রে লৈমাযদু
ওম্মক তেমখ্রে যুহা হাবদুদা ।
তেমখি মীকপ মীবাওখোলসু
চপ মান্ননা লাযববসু, ইনাকখুনবসু ।

চক চক চকচক ।
"থোং হাংগনু, থোং হাংগনু
ঐ লৈতে হাযযু ।
এ ! ঙাযখো'হৈ
নিংশিংলকপা অমা লৈবে,
কনা লৈ, থোং হাংঙু
বানোম্না লাক্কদবা অমা লৈবনি
ঐগীদমক কবিনো'মসু পুবক্কদবনি ।"

হাবৌনা অহিংদা থোংলকপদুদা
ওইববোই হেক নিংলৰনি
থোংজিন্দা পানবা কোল্লিং বেল
ইনাকখুনবগী অশিবা থব্রাযদনা ।

লাযববগী থবাযদনা ঙক্লা যেংলুই মতৌদুদা
খংযেং-যেংথোবকই ইনাকখুনবদুসু
অনিমক মীৎচান্নৌ খংহৌদনা
অনেম অবাং খাযদনা মঙফমদা ।

মঙফমদি পূনবা যাই
ইনাকখুনবগা লাযববগা
অদুবু, তাইবঙপালগীনা ঈশিং-নুংশিৎ অমনি ।

মখোয অনিমক যাত্তাফম পুল্লি
পুল্লপ-পুন্না পোৎলোযবদগী
যুহা হাবদা লৈখিদ্রবা হকচাংশিং
শুমজিৎনা শিৎচিন-শিৎচিল্লদুনা ।

খংহৌদে অবোইবা মতম যৌখিবা
নংহৌদে মীং ওনবসু ।
মদু নৎলমদ্রবা মঙফম পুল্লমদবসু যাই
লাযববনা অমদা ইনাকখুনববনা অমদা
তুবেল অমগী তোর্বান অনিগুম।

যুহা হাবদুদা ঙম্নমক শিত্রবনা
মৈ থাল্লক্তে মঙফমদা কনানসু ।
ইমম মম্মী মঙফমদু
কুফা চল্লি ইনাকখুনবদু ।

হৈকক-লাল্লুক কৎলক্তে
বাবী লাইবিক তাবক্তে
চবি তৎলি ইনাকখুনবদু ।
শোবাৎসু শোল্লক্তে
তাবিনবসু লৈত্রে মপু মাগী মীহৈ
পুক্লিংসু লৈতাদ্রে অশিপুঙদা ।

মুকম-মুকম শোল্লি ইনাকখুনবদু
মকোক মক ইফা-ফাবদুনা
অহিংপুঙগী লাযববা নিপাদুগুম ।
খংজদবগুম তৌই মশাদ্
মাগী থব্রায-মিবেলগী লৈফম ।

লাযববা নিপাদুদি কবিসু নাচুংদে
নত্তে মসি অনৌবা পোৎহাপ অমা
তাইবঙদা অশিবগুম হিংলকখ্রবা মঙোন্দা।

## ঐ লৈতে হাযমু

হৈনবক্তে মঙফম পুল্লুবা
ইনাকখুনবগী পেহৌ-পেহৌবা থরাযদুগা ।
মথম্মোয খংপিক-পিকথবকই
থৌনা লিংজেল মাংলকই
ইনাকখুনবনা মনাক্তা লেংদনা লৈশিল্লকপদগী,
রানৌদবা ঙমদে নোঙদম্বা মাবু ।

কদাযদা ঙম্না মাংখ্রবা
ইনাকখুনবগী থৌনা লিংজেল
ফোযখিবা, লাকখিবা, হুখিবগী,
কনবসু ঙমহৌদে মশাগী থৌনাদু
পোৎলোযবগী মৈবিলক্তগী ।

হন্নফাও যেংবিবমদে হকচাং পোলাংদুনা
রানা পৈশিল্লম্বা লন থুমশিংদ ।
চংবু-চংখি চন্দুবাগী মখাদা
শাংদ্রোং-শাংনা হিপ্লগা
থৌ-রা ইশা-শাদনা।

চৈনিংখিবজাংনি লাযনবদুনা ইনাকখুনবদু
"পাঙমনখিদ্রেহে"
হাযনিংখিবজাংনি
" তোনানমনখ্রেহে। "

অদুবু, ঙমখিদে, তশেংনা ঙমখিদে, চৈবা
ইনাকখুনবগী পেহৌ-পেহৌবা মতৌদুদা
মানা অসুম-অসুম নকশিনখিবদুদা
লাযববদুগী মনাক্তা
মোল্লি-মোল্লি, অসুম ॥

## নিরমহল

নিবমহল।
ঙসিদি মহৌশাগা ইমান-মান্নদে
মথুম মবাং হৌই
মোমোন্তা তৌববোই নিংই
রুদ্রসাগবগী ঈযাইদা ঙাইহ্নোইবিবা
নিংথিববা কোনুং, নিবমহল।

রুদ্রসাগবগী লাইজা অদো
মযায কানা ঈথক হৌবি
নিংথৌবেল অদুনা লেংশিনখিবদা
শুমহৎলবি লৈমশিংগা লোযননা
নিংথিববা কোনুং, নিবমহলদা।

## নিবমহল

হাযফম খংদা ঈহৌবকই
ঙাংলৈনবা লাইজা অদো
কবোকঙগী মুববা মবাদুনা
কোচি থাংনা লেং-লেং চৎলকপদা।

লমতা থাগী মযায চল্লক্লবা
তাবমদাই কোবৌগী মঙালনা যৈবদা
নোংজাবিনা চাগু'মই
পুক্লিং হুববা নিবমহলদো।

হংচিক-লাংলি নিংথৌবেল অদু
নিংথিববা ফমফন্নাংদা ফম্লদুনা
নিবমহলগী অবোইবা মথোলগী শুমাংদুদা।
শুমহৎযাই পুববি লৈমা অমা লেংথোবকই
অদুগা, লেপ্লি যাম্না চুঙ-ফিবাল চানা
নিংথৌবেলদুগী মমাংদা।

পাৎযাইদগী হুমগৎলকপা তইং-তইংবা
ওলাংথাগী নামিবা নুংশিৎতুনা
খংহৌদনা ওনখি ক্লাক্তাগী নুংশিৎ নামিবা।
অদুগা, চোযজাযনহনখি লৈমগী শন্নাংদু
মচোয-মচোয, ফাজিন-পুর্নসিনবা যাদনা।
শমখোংদগী হাইথবকপা মঙকশমদু
কেথবি, ঙানু কাঙগী মঙকশমদুমক্লি।

লেঙজুমদগী নিঙদু যৌনা হাযথবক্লিবা
তুংগী শাবি ফোলদুনা
হাইবি ফব-ফবা
নামিবা নুংশিৎনা হুম্বদা।
নিংথৌবেলগী শগোলদি
মমৈনা গে গে লাউবনি।

# নিবমহল

চেংলবা মখ্বাং অদু তংখিনি মীপাইজবদুনা
শেৎলি শাবিদু খোযখাদা
খবা চৎথবপ, কোম্লপ তৌনা।

যুবি মশুং মাল্লবা
থাশিবমদাই থাজগী মওংগুম
কোৎথোক্লা লিৎলিবা অকৌবা ব্লাউজদুনা
তুংযান্দো শিন্নবি নামিবা নুংশিৎতা, থা, থৱানমিচাক্তা।
কযাদা চংখোল্লবা শাবান্নো
পেক্রক্লে মচুগী শাবিদুনা থোনবদুদা।
মওকশমদুনা খজিক্তং চেপথবক
মীৎচিনা যেংলক্লি কোচি থাংনা।

নিংথিববি লৈমগী মমিদু
তাবি লাইজথক্তা মযেক লানা।
কবোকং অমদি লাইজনা
হোল্লি নিংশা শ্বব, ফুইনা ফুইনা
মমিদ্ মুৎখিনি পাখৎচবদুনা।

অদাম অমসুং ইবনা মহাও তংখিবা
মমুন ফানা ঙাংশং-ঙাংলবা শেমদু
মশা পুন্বা মকু খোক্ল-খোক্লগা
লৈমনা পিজবি নিংথৌবেলদুদা।

নিংথৌবেলদুনা থক্লি অমৃত
নুংশিবা হুনি খংন-খংনা
ফি থোংনিংদ্রবা ওলাং থাগী নুমিদাংৱাইবমদুদা।

লৈঙাক্লি অৱাবা পোৎলুমশিং
অসুম-অসুম হুমদোকখি
নামিবা নুংশিৎনা নিবমহলদগী।

## নিবমহল

অদুগা, অসুম-অসুম ইংথবকই
নিবমহলগী মনুংদা ওমচাক্লবম্বশিং
শজিক-থবানা অসুম-অসুম ঙাম্বোবকপদা।

ইনুং তৈনা ঙাল্লবদা
চাক্তাদুনা লৈবম্মী ঙানু কাঙশিং
পুমঙৌ-ঙৌনা, লশিং কাপোনগুম
ঙাংলৈননা পাল্লবা রুদ্রসাগরগী ঈপাক্তা
মকম কোক্লমদাইগী গে-গে
মকম কোন্নবা মকোল শাবদুনা।

লাঙ্গোয চনশিন্দুনা লৈবন্নে
যামথ্রবা লমগী চেক্লাশিংনা
ওলাংথাগী পোৎথাশঙ নিবমহলদু
খোঙদাফম লৈতব'খৈ
কৃক কৃক ইন্ননা।

ওলাংথাগী অঙনবা অযুক্তা
কোকচাউবী ফুঙ কাখি নিংথৌবেলদু
হুমাং মবিক-মবিক কাবদুনা।

মশেন-মবাং উবকই মমিংতা
যুমদাংবনা কৈনাবগী চাউববা পোৎলুমদুনা
মাগী মথক্তা তপ্ল-তপ্লা নম্থবকপদু ।।

# ইচাথোইবীগী চক্রবিহু

ইচাথোইবী,
কৌগে নুংশিনা
মেমচৌবী, মেম্মা, মেমচা।

ইচাথোইবীদো তাখিদে, খংখিদে,
পি থাদোইগী ঈশৈ
হৌদোং লম্বোইবগী তাৎ
শন্দ্রেম্বীনা মীৎলুদগী শিঙ্খিবা পিবাং
কৈবু-কৈওইবগী অপঙ থৌনা।

পিক্লবা মচিন মচাদুনা
হাযজবা ফংখিদে অমুক্তসু

কোক, শম, লাই
মীৎ, পা, না।

চেন-চোংদুনসু শান্নবমদ্রে
পাক-চাউববা শান্নপুঙদা
চীঙলৈবাকসিগী মফম অমা কল্লদুনা
ওলেমপিক্কী চীঙ-লেল্লবা ফমপাক্তা
মমায় ৱাংনা থাঙ্গৎচবদুনা।

ইবুধৌ থাঙজিংগী লাইবুংদা
জগোই খুৎথেক তল্লমদ্রে
লৈমা জগোই, মাইবী জগোই
তাদিং দিং তাদিং দিং।

মচুম তানা কেববা ইচাথোইবীদো
কযাদা চীঙ-লেল্লমগদবা,
ফিগে ফনেক শেং
মুগা ফি অমা ইন
লিক-কোন্না লৈতেংলদুনা
হিযাঙ্গৈগী নিনি পানবা নুমিৎতা।

অদুবু, যামখ্রবা ইচাথোইবীনি
মালেমসিদা খোংদাবক্তন্যা হলহনখ্রবা
অশি লৈবাক তম্না।

ইচাথোইবীগী মঙফম্দি কদায় '
লৈতে, থিবা ফংলোই
লৈতবা যাত্রা তাইবঙ মীগী মঙফম্
হঙঙা লাউবমদে'সিবনে '?

ইচাথোইবীগী শক মচেৎ অমত্তা লৈহৌদে,
শদোং মচেৎ অমত্তা তাহৌদে,

## ইচাথোইবীগী চক্রবিহু

শম'না অমত্তা কেলহৌদে
পাক্লবা মালেম লৈশাসিদা
অঙথাগী মবাইবক থিববা সনামচাগুম।

শাশিন্নবা মীহাৎলা '
নত্তে, ৱাবেপ লৌনবগা হাৎপা মীহাৎনি
ফোঙনা, ইফোঙ-ফোঙনা
এক্স ক্রোমোজোম অনিনা
মহাও লৈববা অহিংগী মীৎকুপ অমদা
ইবায-লাযনা ইচাথোইবীবু মথ্বায হাপখ্রবা মতুংদা।

কযাদা মীনুংশি যাওখিদ্রবা
মচাবু হেক হিংথৎ-থৎপা
মশাগী শিযোমনুংদগী চিংনবা লৈতনা।
ও' তনৌ-তনৌববা থৱায মচাদুনা
শিদি-শিনিংদা, ওন্ন থোইনা খাংলমগদবা।

শিযোমনংশিবু মীহাৎপ,ঙলা নৎত্রগা অহিংপুঙলা '?
ইচাথোইবী কযাগী মঙফম ওইবি
মালেমগী মমা কযাগী শিযোমনুংদা।
জাৎ, কুচু, ধর্ম্ম খেন্নজববসু
মঙফম শেল্লি শিযোমনুংদা
ইচাথোইবীবু খুবৌ থাংলবা পোৎলুম অমগুম,
হু কাববা শাই তিঙখংগুম।

ঙসিদি মমা কযাগী শিযোমনুংসে
ওন্থোকখ্রে অভিমন্যুগী চক্রবিহুগী চক্রবিহু ঙাক্তা।
চক্রবিহুদগী নাম্থোবক্লবা ইচাথোইবীশিংগীসু
লোযবা নৎত্রি মখোযগী অৱা-মৈশা ,
মুনবিবি মফি-মবোল দ্রৌপদিগুম
মফম, মতম, তাঞ্জা থিদনা।

## ইচাথোইবীগী চক্রবিহ্

মসিনসু লোযবা নত্তে
হকচিনবিবি থৌবি কোঙ্গোয
দ্রৌপদিগী চেঙলবা মঙকশমদুদা
অঙাউবা হুইদা হুইগঙ থাংবগুম।

তাবিবা খোঞ্জেলসিনা কনাগী '
ইচাথোইবীগী , ঙসিদা তাব্রনে '
যেংউ, চেন্থবক্লি'সি পিনি, মীৎকি পি
ইচাথোইবীনা হবাও-তযাম্বগী।

কবিগী '
লাইবক ফবনি তাইবঙদা মঙফাওনবমদবসি
নুপী-অঙাংদা থম্লিবা মীৎযেং কাবনসিদা,
ফিগে, মোইবাং ফিনা ইকায-ফিরুক খল্লনাসদা।

# চিংনবা

চিংনবা !!
নিঙশিংলুবদা তুবু চুংই।

নৌবিবি চনুবা অমা
অঙাং ওলহনখি চিংনবদা
উপ্লা লৈবা উনা হাযগৎ
লোংনা তাবা অমুক উপহন
লৈনা-লৈযোল হাযগৎ-হাযগৎলদুনা ।

মমিৎ চেজেৎনা উইশিন্দুনা খাঙই
কবম্বা মতমদা লোযখিনি চিংনবদু।

চিংনবা

পিবাং-পিবোইননা খাংলিঙৈ
তিংখৌ-তুম্বৌথক্তা যাতাবিঙৈ
খঙজখিদে কবম'কান্দা লোযখি
অতম্না চিংনবদু
অঙাং ওনবিবনা হানখিবদগী।

চিংনবা!
পনখৈ লৈত্রমাল্লে নঙগী।
ইস! তুবু চুংই মসিমসু।

যাম্না নৌবিবা নিপামচা অমা
ওলহনখি অঙাং তহা-তহা
তশেংনা অঙাংমক ওইবিবা
অঙাংদুগী থৱাযদুবু।
কবি ধর্মনো চিংনবা
অঙাংবু অঙাং অদুম ওলহনবসিবু?

চিংনবা!
নঙনবু চিংনববা
লাই ওল্লি চবোৎ হাবুঙসু
মীযামদা ওনশিল্লি খুদোনবিসু
হোংবা-চাউবা কনানো খংদ্রিঙৈ।

পাম্বোইবীগী খোঙ্গুল মুৎত্রিবা
লৈহাও চেনবা ক্যামগৈদা
কুপশিনখি চিংনবা নঙনা।
অদুগা, ৱানা হিংলি মীযাম্না
নুঙজাউনা নম্ব্রেকপিববা নাপি-শিংনাংগুম।

চিংনবা!
নঙবু খংন-খংনা খংশিন্নদববা

নৎত্রগা, তানা-তানা তাশিন্নদববা
উবিৎ নাপঙবিদৌনা ।
মুৎপা লৈত্রি নঙনা কুপশিল্লিবা লৈমাযসিদগী
নুমিৎ কাপখিবগী ঈব্রায-ঈনিল
খ্বাই নুঙজেং পিবা।

চিংনবা!
নঙদি নমিৎসু তাঙলবা
ননাসু পঙলবা
থোপ মহিসু কঙলবা
কমগী ফল ফংবসু ঙমদ্রবা
মীনা ইনশিল্লগতা চৎলবা
মকন্থিনা মবল ফোযদৎচবা জিবনি।

চিংনবা!
উবব্রা, কৈশুমশঙদা চবা হেল্লিবি'সে ?
মানা থাংথবিগদৌবি'নি
নঙগী অব্রা-পোৎলুম পুম্নমক ,
অবান-খুভম ফংহনবিগদৌবি'নি
নঙগী চিংনবা কোক্লবা,
মাযকৈ চুম্না তাক্লিবিনি ধ্রবতাবাগুম
লম্বী লমফাংনববা নঙগীদমক।

চিংনবা !
নঙনদি খঞ্জবম্বা যাই
চবা হেল্লি'সি মীযামখক্তগীনি,
নঙগী মাযোক্তনি,
নঙগী নমাইদা হামুক তৈশিনবনি।

চিংনবা !
তশেংনা হেনমল্লি মদুমকসু

## চিংনবা

নিংবা থুংহনবি লাইবেল্লী'সিনা
নঙগী যেৎনখাদা লৈবিঙৈ
নিহৌবা যাবে তাঙলবা ববদু
ধ্রুবতাবাগী লমজিং মৈবা উবা ফংনবা।

চিংনবা!
তাঙ্গা অসি নাম্থোকখ্রবদি
নঙগী নোঙমৈ বেবেল মনুংদু
ফুঞ্জিল্লক্কনি লৈবাক্কা পিক-থল্লা
উচিথোইনা মকোল শাজিল্লক্কনা
ঙবং-ঙবং ঙংলগা
তবেং লৈবগুম উক-উক লৈবদুনা।

চিংনবা!
কবিগুম্বা নঙনা অততাই ওইনা লৈহৌবদ
শোযদ্রে নোংমদি নঙবু পোৎলোযখিবা
কৈশুমশঙদা চবা হেল্লিবি,
নিঙবা থুংহনবি লাইবেল্লী'সিনা
কংলা উত্রা 'মাংদা
নৎত্রগা কদ,যদা, ফৈদাপুঙদা।

চিংনবা!
তুমিৎ-কাঙশিংনা লেংগনি
যাম্না তাঙনা থোকপা থৌদোক্ক
মনিং তম্না, মকা লাম্না
হবাও মীনোক তম্লদুনা।

চিংনবা!
অদুবু, হন্দক্তি পুম্নমক ওন্ন-তৈন'দৌবি,
থাজব্রা , থাজদবা তৌ'নু
ফৈদাপুঙদা অথৌবা অনি

চিংনবা

বৃতিশনা ফাঁসি তৌখিবদা
শিঙ্খিবা নিঙমদবগী পিবাং
তেঙথাখিবা মীকপ-মীবাওখোলদুদগী ।।

ঐ লৈতে হাযযু/২৯

# ভদ্রগী হিরম্বী

পিকাশোনা লাই অমা যেক্লি
মহাকুম্ভগী মেলা যেংলগা
ত্রিবেনি সঙ্গমগী তোর্বান্দা ফম্লদুনা
মীওই কযানা ঈকপ্লবদু
লংজকবা মপাপ কোক্লবা।

মীহাৎপা, হুবানবা, শেঞ্জাবশিং
লেপমিন্নবি লেঙজুমগা-লেঙজুমগা থেংনবদুনা
কৃক-কৃক ইন্ননা
মপুগী মীওখৈ শোল্ল-শোল্লদুনা
অমৃতনা থল্লবা ঈযাইদা পাপ কোক্লবা।

ভদ্রগী হিবশী

পোলুসন থোক্লে ত্রিবেনি সঙ্গম
পাপীশিংদগী চেন্থবকপা
পাপকি মহি মচুমশিংতনা।

মশাগী পাপ-কোকখিবতনি খন্নবিবা,
পাপ্তুসু পাপ্লি খংন-খংনা লংশিঞ্জখিবনি
নাপলগী মশোঙ ফন্নিংবগীদমক।

পাপনি নিংশিংলুবা নত্তে মতমদুদা
তৌ'ঙম্না ঐনি'সির্তনি উৎনিংলিবা।
নাপলতনা যোম্লক্লবা, ওইজবতা থিবা
তুংগী খনবা ঙম্না মীওইবনা
চাউথোকচৈ ত্রিবেনি সঙ্গম লৈবি।

খঙহৌদনা তাখি লৈমাযদা
পিকাশোগী মবাল লৈত্রবা তুবি।
যেকখি'দ্রনে শক্তম অসিবু
পাপকি মথংদা পাপ অমা
পাপীশিংনা হালেংবা লৈতনা লংশিল্লিবা।

অদুগা, শেংলবা ত্রিবেনি সঙ্গমসে
ঙসিদি ওম্থোকখ্রে পাপীশিংগী ঈপাক।
লাকই, ঈকপাখি, হনখি
লেপ্পা লৈতে পাপীশিং
মবি মবি ককচেংগুম হৌনবদুনা।

ত্রিবেনি সঙ্গমদগী পাথোবকপা পাপীশিং
যৌশিল্লকই ইস্ফাল তুবেল ফাওবা
শঞ্জেম্থোং মনাক্তা ইকপ্লবা
কৃক কৃক ইন্না
শেবৌ মায়কৈ পাংখি

ঈকপ্পা ফংদ্রবা পাপীশিংদুনা।
অসুম-অসুম কোযশিল্লক্কি কংলাবুদি
কাযকৈ মবিদগী তপ্পা-তপ্পা
কৈবল চনবদৌনা।

ইস' পাপীগী লৈবাক হাযবদুবা,
অমত্তা হেক লৈত্রববনে পাপী নত্তবা ?
ঈকপ্পুবে, পাপ কোকখ্রে
অদুগা, মখাদি কবি অমুক?
পাপ অমুক লঙশিনবা !
কবি'বু ৱাবিকনি হায'গে
ত্রিবেনি সঙ্গম্মা নিক-নিক লাউনা লৈববদা।

ইস ! মতৌসিবু কবিনো
শোযদ্রে পাপ চেনবা
ত্রিবেনি সঙ্গম
ঐগী তুবি
ঐগী কেনভাস
ঐগী অযেকপা লাই।

ও' তৌহৈদবা অমনি
তুবিনবু পাপ লঙশিনবা
নত্তে, মসি ওইথোক্কবনি
তুবিদি মপু মাগী যাথং ইনজবতনি।

নিংশিংলকই।
যেকখি পুক্লিং হুববা লাই কযা
সমুদ্র মপালগী লৈঙোযথক্তা ফম্লদুনা
পাপ চেল্লবা মীওই কযানা
থুমহি চেল্লবা সমুদ্রগী ঈশিংদা ঈকপ্পদু।
নিংঙাইদনসু হিপ্পি নুংশা যাইবদুনা
লঙত্রিক লঙলবা হকচাংশিংদুনা

ভদ্রগী হিবন্ধী

লঙত্রিক লঙলবা লৈঙোযথক্তা
ফি তঙ্খাযতা শেৎলদুনা।

তুমিন্না অদুম লৈ, মদুফাও'
পাপ লঙশিনবিববা সমুদ্রগী ঈশিংদু
লৈঙোযথক্তা তপ্লি-তপ্লি চেনখৎচবদুনা।

পিকাশোনা থৱায তানা যেক্লম্বা
পাপীশিংনা ঈকপ্পগী অযেকপা লাইদুদা
মুন্না যেংই ভদ্র সিংহনা, চাগদবগুম।
খঙহৌদনা থাঙ্গৎখি মাগী তুবি
অদুগা, যেকশিনখি হিঙচাবী অমা,
হিবন্ধীমক মানবি হিঙচাবী অমা
ত্রিবেনি সঙ্গমগী তোর্বান্দা ফমহল্লদুনা।

কাযদুনা চেন্নখি খা-বায খংদনা
ঈকপ্পম্বা পাপীশিংদো মথ্বায হিংনবা।
অদুবু, হিবন্ধীনদি ঙাইদুনা লৈবি তোর্বান্দা
মীৎকুপ নাহুম শিংনা ফল্লদুনা
পাপীশিংনা ঈকপ্পা লাকপা
অমৃতনা থল্লবা ত্রিবেনি সঙ্গমদা।

মরু ওইনা মানা ঙাইবি
লাইববনা পাপ চেলহল্লবা পাপীশিং
ত্রিবেনি সঙ্গমদা ঈকপ্পা লাকপা।

মপাপ কোক্লবা ঈকপ্পবা মতুংদা
অমুকসু থকচিনখি অমৃত
হন্ন-হন্না মবুক থন্না।
অমৃতনা শাদোঙ ওইবগা
লঙশিনখি পাপ অমগী মথংদা অমা
পেন্নাইদবা ইনাকখুনবা মী ওইনবা।

ভদ্রগী হিবম্বী

নম্ফুদা শক্তি পায়ববা মতুংদা
লিবকখি মশাগী পুন্সি ৱাবি
নাপলগী মশোঙ ফন্দোক্লদুনা ঃ
"ঐ যাম্না লাযবনা হৌবকই,
ইমা লুখ্রাবীনা যোক্লকপনি ,
ঙসি ঐনা যৌবক্লিবা থাক অসি
ঐগী হুমাংমল'গী মহৈনি ।"

লাযববনা ইনাক খুনখ্রবা মতুংদা
অমুক্তা লেপ্লক্তে লাযববগী মাযকৈদা।
হেন্নদুম ইন্থোবকই শোক্ল-পন্না যাদবগুম
পাপনা যোম্লবা পাপীদৌনা।

ইনাকখুনবনা যোৎশিন্নবা হোৎনৈ
ইনাকখুনবসু, লাযববসু তুনা।
"কবম তৌনি" ৱাবিনবা লৈতে কনাসু
ইনাকখুনবা ঙমহৌদ্রবা লাযববশিংগীদমক।

ইনাকখুনবনা লাই ওন্নিংই
লাইশিংগী নিংথৌ "লাইনিংথৌ"।
ইনাকখুনবনা ওল্লকপা লাইনা
শুক্লৈ-লৈনিংদে লাইবম্লেন্দা।

মীবম্লেনগী লাই ,
মীবক্তা থাবৈ-খাবা শাবদুনা
থোযনা হেন্না খোযদাজৈ
থৌজাল হৈবা উকং লাইদগীদি।
ঈকপ্পা হৈনদে মীবম্লেনগী লাইদি ,
লাইনবু পাপ চেনব্রা?

হুমাংমলদুনা পাপ ওল্লক্লবা মতুংদা
নিংশিংলকখিনি ত্রিবেনি সঙ্গম।

ভদ্রগী হিবন্মী

মদুনি হিবন্মীনা ঙাইবিবা
থওইনা তোর্বান্দা ফন্নদুনা
পাপীশিং. ।।

## শখিগী খুদৈ

চেজেৎনা উইশিল্লি ইমিৎ অনিসি
তন্দন ঙাক্তা পাইবকই।
অমুকসু লাওনা পাংথোকই
নুমিৎ চপ-যুংবদা
হন্দকসু পাইবকই তন্দন ঙাক্তা।
থামম্বা অহিংদসু অমুক উইশিল্লি
হন্দক্তি পাইবক্রে তন্দন অমত্তা
কুফেৎ-কাফেৎ, কুফেৎ-কাফেৎ।

লাপ্তক্লা উবকই মুৎশি-মুৎশি
তন্দনশিংদো পাইদুনা চৎখিবা

মায়কৈ ফাংনা যাম্না লাপ্না
মবি মবি হৌনবদুনা।

তন্দনশিংদো হেক পাইখিবগা
তাইবুংঙো অমা উবকই ইমিৎসিনা
থামম্বা অহিংসিদা।

যাতোন অদু ঙৌবোক-ঙৌ
মোমোন্নবা মাযথোং পুবদুনা
লেংশিনখি শখিগী শঙ্গাযদা
নাবেং তৎলবা তাইবুংঙো অমা।
পুমমম-মন্নে তাইবঙপাল
শখিগী শঙ্গাযদু নত্তনা।

হৌজিক্তদা খংলকপগুম তৌবকই
তন্দনশিংনা মাযকৈ ফাংখিবগী মবম,
থৌগল তৌবা ওইবন্নে
তাইবুংঙোনা শখিগী শঙ্গাযদা লেংশিল্লকপগী।
কযাদা রাখংলিবনো তন্দনশিংসে
কুযেৎ-কাফেৎ ঙাঞ্জব'সু।

শিন্নবন্নি পুর্মচিক-চিকপা, অচিকপা
থামম্বা অহিংগী নোংযাই চবুক্তা,
তন্দনফাও' পাইদ্রবা থামম্বা অহিংসিদা
লৈশেমলোল, খুন্থোকলোল, পুন্সিবোল।

ইমিৎ অনিসে পাংলবোই
শুকপাং-পাংলবোই শবিশোন
মপোক-মপোক খুদিংগী
গান্ধাবিগুম'
কিশিল্লবোই অমুবা ফিনসু

মমল যান্নবা ইমিৎ অনিসে।
অদু'হ শকক কিশিঞ্জগে চেজেৎনা
থৌববা ইচিনসে
মোইবাং ফিজল হৎপা
থাংজিং মপাল মচুগী ইন্নফিনা।

থামম্বা অহিং!
তন্দন পাইদ্রবা থামম্বা অহিং,
লোন্ন-লোন্নতা যেংজগে
তাইবুংঙো-শখিগী মহাবাশ।

মহাবাশকি হৈনম-লৈনমশিং
যেন্থোকখি ক্বাক্তাগী নামিবা নুংশিৎনা
লৈবক-কোন্সাং, খুন্থক-খুনখা থুংনা।
খংহৌদে লৈমায অদো কুপশিনখিবা
মহাবাশকি খোযথুম্নববা মহাওদুনা
তিঙথৌ-তুম্বৌনা মবি-মবি শন্দোকখিবগুম।

ওহ! মহাবাশকি লৈবাক,
মহাবাশ অদুনা লোযশিল্লকপদা
লাওনা হাংদোক্লুনা লৈবম্মী
শখিগী কোম্থোং চৈ।
মাঙ্গং যৈব-যৈবদুনা
মাবু তবাম্না ওক্লম্মী
মঙফমগী কোম্থোংচৈ লাওনা হাংলদুনা।

কল্লবা তিঙ্খং তুম্বৌ মথক্তুদা
নিংঙাইদনসু যাতাবি শখিদো
মহাবাশকি জগোয খুৎথেক্তা চোকথববগুম।
শখিগী চেংতক শাংতকপা মঙকশমদুদা
যেৎশিন্দুনা লৈবম্মী
হঙ্গামপাল মচুগী খুদৈ অমনা।

## শখিগী খুদৈ

শখিগী অউনপোৎনি খুদৈ অদো
থঙলেন মাঙ্গা পাম্মুবা মাগী
চেংলবা মখাংদা থোন্নবা
পুন্সি লৈপুল ওইনা
মতম পুম্নগী তৎপা লৈতনা।

মাংলমদ্রি তাইবুংঙোগী হৈনম-লৈনম
শখিগী শমু হকচাংদা,
হঙ্গামপাল মচুগী খুদৈদুদসু।
যেপশিন্দুনা লৈবল্লি খুদৈদুদা
শখিগী চেঙহি মনম,
হৌজিক্তা ইক'জবা কাবকপদৌনা।

পাইখ্রো তন্দন যাম্না লাপ্না
ইমিৎ অনিসিদা চংদনবা
যুবান ওইনা।

যুবান নঙনা মযেক শেংহন্দে
তাইবুংঙো-শখিগী খুম্নোকলোল ।
পাইখ্রো তন্দন পাইখ্রো
লাপ্না যাম্না লাপ্না ॥

# লাই শিখ্রে

ঐনা শিবগা
ঐগী শোবাৎ শোল্লক্কনু।

ঐ শিবা তল্লে
তশেংনা তল্লবনি ঐ শিবা।
কবিবু কান্ন'দোইনো শিবা
যাও'দৌ মান্দ্রে শিবগী মহাও।

মসিনি ঐনা হিংলিঙৈদা খল্লিবা
যাদে খল্লবোই হাযবসু
চেন্থবকই মথং-মথং
হৈনদবগী ঈফুৎ।

## লাই শিগ্রে

ঐ শিবগী নুমিৎ
ঐ শিবগী মতম
পিবা ঙম্লোই লাই মানসু।
কবিনা হাযববু
হৌজিক ঐ শিববনি
হিংনবা হোৎনবদা।

কবিগুম্বা ঐনা তশেংনমক শিববা
নত্তে মদু মপু মাগী শিক্ষক লোযবদগী
নত্তে মদু ঐনা "ঐ" ওইনা হিংবা ঙমদবদগী।

লাইসু শিবে "ঐ" শিববনিনা !
কবম্না হিংগনি লাই মাসু
ঐনা "ঐ" ওইনা হিংদ্রবদা ?
কযাদা যামখ্রবা "ঐ" নো
পাক-চাউখ্রবা মালেমসিদা।

"ঐ" মযামগী কুমহৈদনি
লাই মানা লৈবম্বা ।
যামখ্রবা "ঐ" মযামশে
চাবোল শুবোল ঙাক্তনি মাগী।

"ঐ" মযাম্না পৃক পৃক শৌববদা
খোঙদাফম লৈবক্তে লাই মাগী।
লাই লেঙশিন্দ্রবা তাইবঙপালসিদা
কুপশিল্লকই বাবনগী লৈঙাক্না
থুংলখি কঙসগী লৈঙাকসু
তুংদা-মাংদা হৌনবদুনা।

লাইগী মচা-মশুশিং
কঙসগী কঙস ঙাক্তা।
বাবনশিংদো লাই মাগীদি

## লাই শিত্রে

ঈ মবিনি, চাদা-নাউদানি।
অদুবু, রাংমা লানথ্রে মাগী শক্তি
"ঐ" পুম্নমকপু লার্কশিনবগী।

'ঐ' শিংশে কযাদা ভুকথুবা
শাবি মশাগী মযুম-মকৈ
মাগী লোযনবিগী, মচাগী।
অদুবু, যাওবা উদে, থেংনদে
লাই মাগী ফজবা কা অমতা।
খঙদে কাওবিরা, কাওশিন্নবিরা,
"ঐ" সু খঙদে
লাই মাসু হংগুলম্লেই।

থিবা ফংদবা ওইবমসু যাউ
লৈফম লৈতবনা লাইদো।
লোৎলিবা হায়'দ্বা "
চিংনদবসু ভুমদে।

লোৎলগদি কদাযদা !
অদুবু, কযাম কইনবু লোৎকনি
"ঐ" মচাশিংগী শক্তোশিংশিদবু।
স্বর্গ, নোবোক, পতাল
"ঐ" পুম্মমক্না হৎলিংখ্রবদবু।

হুম ! শিবস্মানি লাইদো
চিংনানিঙাই কবিবু লৈবি মসিদা।

কবম্নবু হিংনিংগনি লাইস্,
মথন্তা শিজবা "সুইসাইদ"।
অদুম তৌবমগদ্রা লাইনবু
অদুক পাঙদবা, মীকিথি।

লাই শিংত্রে

নংত্রগা, লাইদু লম্বোইদুনা চংখ্র'জাংলা ।
কনাবু লৈবমগী ভিক্ষা হাপ্লনবা
"ঐ" শিংগী চান্নিংঙাই থক্লিঙাইফাও' লৈত্র' লমসিদা।
উবা ফংজিল্লক্রে লাইফম কযাস
মক ইকোক-কোকশিল্লক্লে অসুকপা উমংসু
"ঐ" শিংগী মকোল শজিনখিনদা।

মাস্ খংলমগনি লম্বোইবা কান্নবোই ,
মমিং ওনবা ভাবনি।
লাইনাবু মমিং ওনবা ।
তৌহৈবিরা মতৌসিবু ।
হুন নত্তে । কবিদি খেন্নাব
কংদনা শিনস শিবা
মথান্তা শিজবসু শিনা।

কবম্নদি লেমজনিংঙাই ওইব
মচা মগুশিংনা খংলকপা নমিংতা।
লেমজবা-লেমজদবদুনা অমাং
কনাগীদি মপানো
কনাগীদি মাযনো ।

এ। কনাদবু উৎকদৌবিবা মাযনো ।
উৎকদবা মাযস্ "ঐ" গী
নোক্লগদবা মাযস "ঐ" গী
মমায অনি লোঙবা "ঐ"।

মান্নি চুম্মী
পৈশা অমগী মমায অনি লোংবদুনি
অমনা বাবন
অমনা কঙস।

## লাই শিখ্রে

"ঐ" বুবা হাযবি'সিবো !?
কযাদা মমায থাখ্রবনো'সে
হৌদোং লম্বোইবা চাম্ম-চাম্মনি।
মসিননি লাইনা শিখ্রিবা
শিঙমদ-শিঙমদা ৱানা।

লাইনা শিখ্রবদা
কবম্না শোনগনি ঐগী শোবাৎ।
শোবাৎতা শোল্লিবা মপুগী মীংখৈ
কনানা তাবিগনি লাইনা শিখ্রবদা।
মপুগী মীংখৈ শোল্ল-শোল্লদুনা
থৱাযনা চঙজবনি মপু মাগী খুযাখাদা।

তাবিনবা নৈত্রে মপুগী মীংখৈ
"ঐ" শিবগী শোবাৎতা শোনগদবদু।

"ঐ" শিবসু যাদ্রি
"ঐ" হিংবসু ঙমদ্রে ।।

## ভারত রত্না

হুমাং পৃক পৃক শৌই
সিলিং ফেনসু উক-উক উংলি।
কাংনসু অমুক্তোইবা, হাযফম খংদে
ওন্থোকপা ওলাংথাগী নুমিদাং হায'দুনি ।

তৌফম খংদ' হেক ফমথকই
তিভি মমাংদা থাবিবা সোফাদুদা ।
ঙাইহাক পোৎথাগে খন্না যেংলুবনি
মক ওইনা হোলিরুদ ফিলম
অদুবু, ৱাযোং চাদে, হৈনবক্তে
পামজখ্রবা ইংলিস ফিলমদু ।

## ভাবত বত্না

পাউগী চেনেল থাদুনা অমুক যেংলুই
খংনুং-নুংশিবক্তে তৌনবিবা মতৌদু ।
ভাবত বত্না !
ভাবত বত্না পিনবগী খোল্লাউ ।

কনাদা !?
মাগী-মাগী পার্তিগী লুচিংবশিংদা,
প্রসিদেন্ত, প্রাইম মীনিস্তব, চিফ মীনিস্তব ওইবম্বশিং,
খুন্নাইগীদমক্তা কৎথোক্লম্বশিংদা ।
মসিনসু লোইবা নত্তে,
বাজনিতিদগী পাথোক্লুনা চেন্থবক্লগা
তিনখি জগোয, ঈশৈ, ফিলম, শান্নখোৎনবদা।

খাউবুনাইশিংনা কন্না-কন্না লাউই
মবম কযা চুম্না পি
মাগী-মাগী লুচিংবশিংদু মতিক চায হাযদুনা ।
উকবদা খোযদৌ শাওনিংলকই
তায়ননিংলকই পাউগী চেনেলদুদা
অদুবু, তাঞ্জা'সিদি মাংহনবা চুম্লিব্রা ?
অদুদি কবি ?।

দিল্লি যৌবে খুদক্তা
হকচাংসিনা তেবা মফোলমুক যাংখৎলপদগী
ওলাংবগা শার্উনিংবগনা খংশা-শাগৎলক্লুনা ।

ইস! কযাদা যামখ্রবা মাইক্রফোর্নশিংনো
অশি হৈবোঙ চবোং-চবোংবু মাল্লদনা ।
যোমশিন্দুনা লৈবি পাউমীশিংনা
চিনি অঙাংবদা তোংবা হযিংগুম ।

খোঙলোয অমনা ঙাংলি
অমনা অমুক ঙাইবি

চংখিবগা থোকখিবগা, শবক্কা শিবা নত্তে ।
অচং-অচং ঙাংনবিনি,
খল্লকই ঙাইদুনা লৈবদি মী ওইববোই
তাঞ্জা যেংলগা শৎ লিংশিল্লি
খবসু মীওই মীতৌ পিকপগা,
অপিকপা লাযগনু হায'দুনি ।

"ভাবত বত্রা !"
ঙাইহাক্তং, তুমিন্না লৈনৈ
পুমচিক-চিকই যৌ-যাশিংদু
মাইক্রফোন্দগী ইব্রাং-ব্রাংখৎতবদুনা হাযবকপদুদা ।
অসুক পিকথ্রবসিনা কনাগী খোঙলোয,
কদাযদগী যৌবক্লিবা ?!

মণিপুবদসু যৌবা যাই ভাবত বত্রা
পোকখি বীব তিকেন্দ্রজিৎ, ইবাবৎ ।
হৌজিক্তা পুথোকনখিবদুনি খোঙলোযশিংনা
মবৈবাক নিংবা কযা কযা।

বৃতিশকি মাযোক্তা লেপখিবা
নিঙতম্বা মবৈবাক অমগীদমক
কৈদাপুঙদা ফাঁসি তৌখি, তিকেন্দ্রজিৎ
মীখা পোনবা পামদবদগী ।

নাপা চিক্লা তাহৌই
নখোযনা কন্না লাউখিবা
তোল্ল-তাববশিংগীদমক কৎথোকখিবা লুচিংবা কযা ।
ব্রাৎতা পাদবা লম্নি মণিপুবসু
ইবাবৎ, লুচিংপুবেল ইবাবৎ ,
থাঙ্গোল অদু মযা থাংঙু থৌনা ,
শম পুনখৎলু দেবী ,
চাক তাংলে, নুপী লাল ।

যৌ-যৌ পাউমীশিংগী মবক্তা
নোংমৈ মকমুক যাঙলবা ৱাহং কযা ঃ
"তিকেন্দ্রজিৎকি ঙকশমদা হুকখিবা
বৃতিশকি ফাঁসি কোঙ্গোয
নৎতে ভাবত মচাগী ঙকশমদা ।"

হুন্নব'দি তেমপাক লৈতুম ৱাৎতে
হনখি পাউখুম খুদক্তা ওইনাম বিজান্দোগুম ঃ
"ভাবত্তা পোকখিদে মাদব তেবেশা
অদুবু, লাম্হোকখি ভাবত বল্লা ।"

পুৱাবি নিংশিংঊ পাউমীশিং
নেলসন মন্দেলা, খা-অফ্রিকাগী লুচিংবা
নত্তে মাসু ভাবত মচা, ঙসিফাওবা
অদুবু, ইকাযখুম্নখি ভাবত বল্লা লাম্হোক্কুনা ।

খদ্রাক খদ্রাক গদ্রংংং
খংহৌদনা যৌবকই তাঞ্জাদুদা
কুমগী অহানবা নোং।

শুমাংদা তা খৌশাবম্বা
যু পং'খৈ ঙাওববা নিপাদু
খঙহৌদনা ইমুংদা চেনশিনখি
নোংনা ফুদিৎ-ফুনা হৈথবকপদগী ।।

## চান্নবীগী মুর্তি

মেদাম !
ঐনা হবাওনা কৌই
খুবাক চাংজৌ তবা লোন্নবগা
মেদাম তুসোদতা,
খোযকনা শাবা মাগী মুর্তিদুদা।

মাদি মোমোন নোক্তনা লেপ্লি
মাগী ম্যুজিযমগী থোঙজিন্দুদা ,
খোযকনা শাবা মীগী ম্যুজিযমগী থোঙজিন্দা
লেংলক্লিবশিংবু তবাম্না ওক্লদুনা।

# চান্নবীগী মুর্তি

অঙকপা তাইবঙপাল অমনি
খোযকনা শাবা মীগী মুর্তিশিংদুগী।
অহিংবগুম লেপ্লিবা মুর্তিশিংদুনা
লিবি শাংল-শাংলবা পুন্সি ব্রাবি অমমম
অকা-অকুম নাইনা, লেপ্লা লৈতনা।

অহিংবা মীসু লাকই
মশাগী মুর্তি যেংজবা, মশামক্লা
অদুগসু অমুক মুনা তাই
নাকোং অনি শুহল্লবোই খনগ্রবা
মশামক্কি অবোনবা ব্রাবি কযা
খোযকগী মুর্তিদুনা লিবকপদ।

মুর্তিশিংসি যাইতোঙ-খমদোংবা ছুর্কনি
তোঙান-তোঙানবা লম কযাদা
অদুবু, খোযকগী তাইবঙপালসিদাদি
লৈতে কেপিতেলিজমগা সোসিয়েলিজমগা নকনা
উদে অকনবনা অশোনববু নমখনা
লাপ্লা লৈখ্রে লাইনিংগী খেন্নবসু।
তোঙানবা তাইবঙপাল অমান
মালেমসিগী মনুংদা মালেম অমা।

অদুবু, লাযববদা খ্বাইদগী লাযববা
খোযকনা শাবা লাযববগী মুর্তি অমতা
লৈবক্নসু থেংনদে, উবসু ফংদে
মেদাম তুসোর্দকি ম্যুজিযমদা।
লাযববগী ব্রাবি লাযববনা লিবা যংজদ্রি
খোযকনা শাবা মুর্তিগী ম্যুজিযমদাওবা।
কোঁপতেলিজম ওল্লববা খোযকসু?

ইসা দাও যা'দৌ মান্দ্রে ছুসিদি
উনিংদবা ঙাক্তা হেক উকই

## চান্নবাগী মূর্তি

হিতলব, ইদি অমিন, মথং-মথং,
তযাং-তশোযবকই পুক্লিংশে।

শং হেক লৈথোবকপদা
মীৎচান্নকই পেলে, ফুতবোলগী নিংথৌবেল।
চাগদ'গুম যেংলুই মীৎ কুপ্তুনা
ইশানকা শান্নবা পামজবগা।

ঐবুস্ শান্নবোইনি খং'মাল্লে
শং কাওখি বোলদূ
লোঙ্গাউ ওইনা ফজনা।
নোং নোম্লকই ইংলেন্দগী, জর্মনগী
গোললল '' পেলেলে ।
শমানল নিল্লি মেদাম তুসোদকি ম্যুজিযম
ফাওদুনা চংখি খোয়কগী মূর্তিশিং
কার্লদ কর্পকি মীৎনা উবা পাউদম
চাম্ভুলৈবাক্কি মপাল্ল লাণ্ডাইজবুঙ যৌনা।

নিংথৌবেল অমগী মথংদা নিংথৌবেল
অতম ঈশৈগী নিংথৌবেল, পহাবি
ঈঙ্গিৎ তৌনকই ঐংগ্রান্দা
হাযগন, ঐগী ঈশৈ শক্লবোই, হাযগনু।

শকউ ঈশৈ খোঙ্জেল বাংনা
‘‘চীঙলৈবাক্কি ইমা মণিপুর
নদোম শাৎলু নদোম ঙাল্লু’’
থম্মোযদগী, চোকথবা নাইদনা,
নবৈবাক্কিদমক।

হংনিং-হংনিংনা হংবা ঙমখিদে
ইকাই-নুংশি যান্নানা

## চান্নবীগী মুর্তি

খোযকগী মুর্তিশিংদুগী মমাংদা
"ফংলববা নঙগী ব্রাহংগী পাউখুম
থাবলগী অহিংদুনা লোযদ্রিঙৈ।"

ফৎ লাওনা লৈথোবকপদা
খঙহৌদনা হেক মীৎচান্নকই
সোফিয়া লোবেন, এলিজাবেৎ তেলব।
কযাদা মমিৎ থকখ্রবা
মীৎফমকা তোংদ'খৈ যেংলক্লিসে
ঐবু লমলানবা অমদৌনা।

"নৎতে, ঐনে ঐ "
অসুম্না হাযবকা নংহৌবা নত্তে
শৎ চুপ্পকই খজাই অনিসিদা পেন্না
ওন্ন-ওন্না মখোয অনিনা।

ইকাযজবনা মথুম মবাং হৌই
খোযকগী মুর্তিশিংদুগী মমাংদা।
খজাইসিসু পুমঙাং-ঙাংই
অতবগুলাপ মচুগী লিপস্তিক্লা।
হাযফম খংদে, তৌফম খংদে
খংনিং-হেক নিংশিংলকই
যাওশঙগী জল্লা কেলি।

"কবিনো!!
ঙাইখো ও, শাউখিনু অমুক্তা
লোযবেদনা ঙসিদি ঐ
শোযবে শোযবে নঙনা খল্লি'দো
অমুক্তা তপথখো চান্নবী
চুপ্পমদেযে কৈসু ঐগী চিনবানসিদা
শুমহৎযাই পুবি অনিদুনা।"

## চান্নবীগী মুর্তি

মতম অমগী ঐগী চান্নবীদো
লেপ্পন্মী মম্নি শামি
নুংশুক-নুংজাননা, পিদোন্না
মাযথকপি অনিদুগী মতুং ওইবপ্না
খোযকনা শাবা মুর্তি ওইনা
চুঙ ফিবাল চানা, অদুঙৈগীগুম্না।
অদুগা, মীৎচিনা পৈনা যেংলকই
খম্নবগী নিংশা শ্বব অমা লোয়নবদুনা।

খিল্লম্বা কুইদ্রি'জাৎনি চান্নবীগী মুর্তিদো
থোল্লমদ্রি ফিজোল অমত্তা
খোযকগী শিৎ-নাল্লবা হকচাং অদুদা।

চান্নবীদি শাউনিংলি ঐঙোন্দা
মাযথকপা খোইমু ওইকবগী।
তশেংনা খম্নবনি ঐগী চান্নবীদু
কবিদা ব্রাৎলি মানা
কবিদা হেল্লি মীনা।

ইমিৎ অনিসে উইশিন্দুনা খাংখি
চান্নবীনা অদুম্না লেপ্পন্বদু
তৌ'ঙম্বা মুর্তিশিংদুগী মমাংদা।
হযিংফাও' থম্বু-থমখিসি
ক্লাক্তাগী নুংশিৎ নামিবা
থৈদুনা চৎহন্নিংখি লোক্তাক পাৎলোমদা
চিববা তাঞ্জা অদুদা।

ঙসিদি ঐসে কযাদা লাইবক ফববা
নিঙতম্না মীৎযেং তাবা ফংলবা
ঐগী চান্নবীগী অশেংবা মুর্তি
ঐগী ঈদা তিনবা ঙমখিদ্রবি
ঐগী চান্নবীগী মখ্বায পাল্লবা মুর্তি।

## চান্নবীগী মুর্তি

অদুবু, মতম অমদদি ঐসে
মীথিবোঙ মীতম্বালনি, পাংখিদ্রবা।
তখেল্লে নাচোম অমত্তসু
মসিখক্তনসু পেনবা ঙল্লোই, ঐ
মনম নুংশিবা চিনি চম্পা অমত্তসু
থেৎপিবফাও' ঙমখিদে থরায তানা
অমুবা শন্নাং অদু হাইদোক্তুনা
মাগী বাশি লৈববা যেৎকি নাপদুদা।
অহ! কযাদা পকচবমগবা।

ঐগী ইতৌদুগা চান্নকুবমাল্লে
পুশিল্লক্তুনা শেৎচিনবিবি
ঐগী চান্নবীগী চেঙলবা মখ্বাঙদুদা
থম্বাল লৈখোক্কি ফনেক মপাল নাইবা
থাংজিং মপাল মচুগী ইন্নফি,
মোইবাং ফিজল হৎপা ইন্নফি।
ঙসিদি কযাদা ফজববা ঐগী চান্নবীসে
কযাদা চুনববা খোযখা শেৎপশে।

অদুবু, ওইগী ফনেক মচি অদুদি
যেপশিনবিবমদ্রে ফিশেৎপিদুনা, নিংথিজনা।
ঐ পেঞ্জদে মতৌদুদা,
চংশিন্দুনা যেপশিল্লুই পনেক মচিদো
ইখুৎ যেৎসিনা নিংথিজনা থিংজিনবিবদুনা
চান্নবীগী থোৎলবা পুকচেপ্তুদা।

মদুম্নমক্তি তৌনিংখিদবনি
ঐগী ইদা তিনখিদ্রবি
ঐগী চান্নবীদা।
অদুবু, নিংঙাইদনা লৈথোকপা ঙমখিদে
ঐগী চান্নবীদা মচেৎ-মকায, ফিজেৎ-ফিগায,

খাঙবা ঙমদে ঐ।
ঐগী চান্নবীদি লিক্লিগী লাইনি
লাঙত্রিক লংনা মখায় পানবা।

হৌবকপগুম তৌখি সুনামীগী ঈথক
ঐগী চান্নবীগী লু-তোংদা।
খজিক্তং ঙাথবকপগুমসু তৌবকখি
ঐগী লেংজুমলোমদা
মহাক হিংলনি খঞ্জবগুম।

ইখুৎ যেৎ অসিনা কোনশিনবিখি
চান্নবীগী চেঙলবা মখাংদুদা
অদুগা, নুংশিনা নাম্বিখি
চান্নবীগী চোইজাইননা তাবিবা শম্লাংদুদা
চৎলোইকো ঐ নঙবু থাদোক্লনা।

"থোঙ লোনবগী মতম যৌবক্লে,
হযেংনা অমুক তবাম্না ওক্লি অদোম্বু"
লাউথোবকখি ম্যুজিযম মনুংদা।

নিঙমখিদ্রে ওম্বোক্লা'
অমুক্কসু হন্না থুংলবে মহৌশাগুম
কাযনবগী মীৎকুপ ঐগী চান্নবীগা।

যেংলকই মাসু পেবি-পেবি
হাযবিববা খল্লি শোম্বাংননা ঃ
"হযেংসু অমুক লাকউ,
তোযনা লাকউ।
ঐখোয'নিগী ম্যুজিযম্নি,
নুংশি ম্যুজিযম।"

## চান্নবীগী মুর্তি

মাযথকপি অনিদুনদি উখিদবা মাল্লি
ঐগী চান্নবীগী মতৌদু।
উখিদসনু, উখিদবনা হেন্না ফৈ
নৎত্রবদি, নুপী লাল, চান্নবীশিংগী মবক্তা
খোয়কনা শাবা মুর্তিশিংগী ম্যাজিযমদা ॥

# অম্বারি

ইমুংগী অমম্না কাচিন অমদা
শো লোন্দুনা লৈবকপা
কুমজা কুমশিং যাম্লক্লে
মমায় অহুম পানবা অম্বাবিদু।

মিবাংতনা যোমশিল্লে
উফুলতনা কুপশিল্লে
ইমক-মকশিল্লে থোংগী মিংশেলদুসু
মহাও যাওদ্রবা পুন্সিগুম।

মমি-শামি উবি
মিংশেলদু ফাওনা

ফিগে, ইন্নফি, ফি মতেক, ব্লাউজ।
মনিঙ তম্বা ঙমজদ্রি
কৈশুমশঙদা মীযাৎ তাববগুম।

কৈদৌঙৈ নিঙতমগনি খনবদা
শঙব্রে মনাগী চেঙহি মনম
মমি শাল্লক্লি নোংম-নোংমগী
ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বিববা ফিশিংদুদগী।

সনাহনবিদি মনিঙ তমখ্রে
মাগী নুংশিববা পুম্নমকপু হুন্দোক্লম্লগা।
মনিঙ তমখিবা নত্তে, তমহনখিবনি
নুংথিল পোবোপ্তা, যুমজাউগী কৈবেলদা।
কাখৎচবা ঙম্বা নত্তে মাদি
ইনখৎপিবনি, শৌগৎপির্বনি মাগী মপুবোইবদুনা
ফাঁসিগী শগায কানবা।

মাঙ্গং যৈবগী মখোল অমা তাবকই
লৈকাযগী মঙদুদা সনাহনবিনা ঃ
"হাই ' কনানো কপ্লি'সে
এ ! ইচানুপী অহলদুনিনে
ইস ' ঐবু লুখ্রা ওইববা
অশিবা থবায ঐনা।"

অদুবু, ঙসিদি সনাহনবিদু মথুম-মবাং হৌই
মতম কুইববগী তুংদা
মাগী মপুবোইবদুনা মঙযমদা খুংলববদা
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না।

সনাহনবিগী সেবা শিংথানবিদে,
হেন্ন-হেন্নদুম চৈশিনবিবকই

কবিগী মঙফম পুল্লম্বনো।
নিংশিংদুনা অদুমক লৈ
মাগী নুপী অতোনবিদু।

সনাহনবিদু ব্রাবৌবা তৌজদে
অদুবু, নিংশিংলকই ঃ
"মপামদা পোৎলোইনি তৌবম্বদু
ইমুং-মনুং, শগৈ-নাতৈনা
পাম্বোম তিংলদুনা"।

নিঙোলনা মপামদা হলহৈদে
অদুননি, ঙসি মঙফম পুল্লিবা।
নুং অনিগী মবক্তা হা !

হেনগৎলকখিনি সনাহনবিগী মৈচাক
নুপী অতোনবিদুনা হেক কুম্লকপগা
অশি লৈবাক্তা
মতমগী খোঙলোয তংইন্না ।।

## কংলা এক্সপ্রেস

লৈশাবী মপোপ ইকায-কাযদ্রিবা
মৌনহা অমা মকে শেল্লি
শকতেনবিগী ব্যুতি পাবলবদা ।

পাখঙ মপোপ ইকায-কার্যদ্রিবা
মাগী মপুবোইবদুনা যল্লগা ঙাইবি
নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌজবদুনা ।

ইকায-মীনোকর্মক্তি নত্তে মাগীদু
মকে শেল্লিবি লৈশাবীশিংদুগী মমাংদা ।
অদুবু, মমোন্দদি খঞ্জবি ঃ

"পংনোপ্তি-নোপ্লোই ঐগী নুপীসু
নখোযগা থোংপ-নৌবদা" ।

মসিগী ব্রাখল পবিংসিদনি
মাগী নুপী তথোংলৈবু ঙাইজবিবা
লৈশাবীশিংগী মনাক্তা ফম্লদুনা
কুইনা, শকহেনবিগী পাবলবদা ।
মকে শেল্লিবিশিং চংখিবগা থোকখিবগা
পোংথাবা শংদে মকে শেপ্মি লমঙানবিদু ।

কংলা পাউ তাবে কংলা এক্সপ্রেস্তগী
মযাং ক্লাকশিংনা, মযাং লৈবাক্তা ।
খোংশ্যান্নবা শেম-শাবে
থবক্লা চাকহোং-ঙাহোংলবা সনালৈবাক্তা ।

যাত্রা তৌই স্বব যেংই
যেংতা চংপ্রা, ওইদা ফুনব্রা ।
নোংচুপ্তুগী নোংপোক থোং হাংলুগদবনি
কাল মৃত্যু থোকপ্রা
শর্মজি খাযনৌ তম্ব্রা
মুন্না যেংই, কবিনা ''
শিল্পী পাংলুগদৌবিসি
পোংমুন-চামুন তমথিবা
মহাবলি খুম্নৌ অমর্দনি ।

লংফৈগী নম্বো-থাবো চাউদে
ফম্বা চন্নগা হিপ্পা চল্লি
মসিতনি মখোযগী অথোযবা মন্ত্র-তন্ত্র ।
শমজেং, কাতি চেংনা পাযশিল্লি
অদুগা, কোনসিল্লি মথানুংদা নুংশিনা
মশা কঞ্জনবা খুংগু থাংলেনগুম ।

পুং কুনমবি ঈশৈ খোংবা
চোকথবা নাইদবা বেদিও অমা
হাপচিল্লে অৱা-পোৎথানবা।
জয বামজিকি
বাম বাম সনালৈবাক।

ইম্ফাল সহর কৃক কৃক ইন্নে
মযাং শমককপা দুকানশিংনা।
পাথোক্তুনা চেন্থখি অমুকসু
চীংযা-তমযা, খুন্থক-খুনখা থুংনা।
কবম্বা চৈবক্তুনো খংহৌদে কনা'সু
উচি চাকহোন্দা পিক থনখিবা।

হাযনবা ফজনা চুম্মী
ঈ-পাউনা খুন্নাই মমায-মমিৎ পাংহল্লি
সনালৈবাকি পাউ ফজনা শন্দোকখি
কংলা এক্সপ্রেসকি খুৎথাংদা
ইৱা-ৱাদনা, শেল তিংদনা
ককচেং কোকচাউবী অমদগী অমদা।

চীঙলৈচাশিংগী মশম অদু ককথৎপি
চুবাসু লুখমসু শিৎ-নান্না তাখৎপিবদুনা
লাঙখোং তৌবা হেক মান্না শোম্মি
নিঙগ্রীমক তাখৎত্রে'সু।

বেদিও থাগৎলি
ঈশৈ হৌনা খোংই
ইম্ফাল সহর পুমনিল-নিল্লি
কাক্কি ঈশৈ তান্থাদা।
যেলহৌমীগী খোল্লে-খোন্থোক্লা
ওন্থখি মিববা খোঞ্জেলদা
কৌজেং-হাবৌনা খোংবগুম।

কবিগুম্বা মতমদা পুক্লিংদা ফাওবকই
মফমসিবু কবি লম ওইনিগনা।
হৈনবক্তে অথেংবা অহিংদা চংপা
চিংনবকই মীৎযেং পৈনা যেংলক্কদ্রা
"ঐ" গী শুমাংমক্তদা
"ঐ" গী সনালৈবাক্তা।

ওইখ্রববা মখোযনা ঐখোয।
মখোযগীসু হোমলেন্দ অমা তাল্লক্কবা
"ক্বাকখন্দ" নংত্রগা "ক্বাকপন্দ" হায়না ।
মবমকা অসুম্না চুম্না পিবক্লদ।
"চহি কযাদগী সেবা হৈ [illegible]
ঙসি ফাওবসু লেপ্তুনা
সনালৈবাক্কি পিবাশিংগী [illegible]
তক তনান্না লৈহল্লি
মকোক শঙবাযমুক চা[illegible]।

নংত্রবদি, কবি ওইবস্না [illegible]
পিবাশিংগী চাঙ-লেপ্পন [illegible]।
ঐখোযগীসু থৌদাং যা [illegible]
লমদমসিগী পুন্সি মহিং [illegible]
অদুনা, যাওবি ঐখোয [illegible]
লমদমসিগী লৈহাওদা

নত্তে ঐখোয বর্মাদগী
নত্তে ঐখোয বাংলাদেশতগী
নাবোলদা শম্বল লানশিল্লকপা ।
অতৈদা নত্তে ঐখোযনা লাক্লিসে
"কংলা এক্সপ্রেস" বেল-গাড়ীদা
ভাবতকি সংবিধান্না য়াবনা

ভাবত মচা ওইনা
অশেংবা ভাবতকি লম অমদা ।

ঙাইখো ! অমবোমদা চৎখি'দৌবে লম্বেলসে
খুন্নাইগা মীওইবগী থোপকা শম্নদবা ।
খোংবাল-লুক্লাং, পাৎ-তুবেলদা লৈবিবা
উকাবি, ঙামু , ফাবৌঙা, লৌবক্কি ঙাক্রা ,
লৈহাও লৈবা ক্যামগৈদা হৌবিবা
কোবি, হঙ্গাম, ফদিগোমগী তোপ-তোপ্পা মনম ,
খুঙ্গং-খুনযা, চীংযা-তমযাদা হৌবিবা
যেলাং, কেঙোই, পেকুক, মোনসাউবিগী মহাও ,
শংব্রৈ মনাগী চেংহি মনম ,
খম্না-থোইবীগী জগোয খুৎথেক ,
পেনাগী নুংশিববা শৈশক ,
লাই হবাওবগী কাঙলোন ,
চীংনুংগী নুংশিববা হবিগী খোঞ্জেল ,
নিঙেলগী থুমখোং, অন্দ্রোগী মৈ
হৌনব্রা ঙম্নমক নৈখাযবদি ?

কম'দৌই মযম চানা থম্বিবদি
ভাবত সংবিধানগী ইঞ্চোল চাযগোইনুংদা
যেলহৌমীশিংবু ঙাকপি-শেনবিনবা
ইন্নব লাইন পাবমিৎ সিস্তেম ,
লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্কবা ।

থাজব্রা, যেংঙুনে যেংঙুনে
কযাদা চলাক লৈখ্রবনো'সে !
নুপীগী মকে শেন্ফম পাবলবদৌনকা
মাযকে হিদাক থম্নদনা
নুপাগী শম ককফমসিদা তৌবিসে ।
লম কনসিনবনি, লম খোপচিনবনি
মীগী চাক্লুক্তা খুজাই থাংজিনবনি ।

*নুমিৎ হেক থোক্লককপদগী হান্নক্লবা মখুৎতুনা*
মকে শেন্নি পিবাশিংগী
মাযকে হিদাক পায়বদুনা ।
মাযোক-ব্রা শান্নবনি পিবাশিংদা
থমাযবিবনি নুংথিল পোবোপ্তা
শম ককফমগী কাখু অমদা
কাক্কি শৈহেক্লা তবেং লৈবদুনা
যেলহৌমীগী তুংগী যুম্বীবেলশিং
শুম, তাউগী শৈদাংফম ওইনবা ।

বাম বাম সনালৈবাক
বাম বাম সনালৈবাক্কী পিবা
শমজেৎ, কাতি পাযফদে
ফম্মেনদা ফম্বিযু খোঙ্গ্রাই নিক্লুনা,
ননাই ঐখোয লৈজবি সেবাগীদমক
পোৎকী মমলদি ঐখোযনা (শেম্ফোংননা) ।
মদুমদি মনা মনিল নাইবিনু,
ঙমজবোই হাযবগনা কবি ওইবা তাই
হিকু, হিকমা, হিকপি ।

মতমদুদদি কবি ওইনি খংলব্রা, পিবাজি ?
খন্থজহৌ নিঙমদবা পোকচনি
হন্না যেংবিবক্ললোই নিঙোলশিংনা ।
ফাবি'নি কনানা হিকু, হিকমা, হিকপি
অমদি লৈ বাম বাম
পিবা মশেল হিক কাযনবা ।।

শোন্থাংননা মুকুম-মুকুম শোনখি ঃ
"নিঙোলশিংসে মথৌনাদি লৈ,
যাওবি খুন্নাই শেমগৎপা ।
মখোযদংগা হিক কাযনদুনা লৈবন্নবা

বাম বাম, হাযহৈদে হাযহৈদে
ক্বাক অমোমশিংগী ব্যুতি পাবলব।"

হুঙ মমি শাল্লমগ'নি
কবুই-নাগা দান্স, মাইবী জগোই
মতম চুপ্পগী ওইনা
সনালৈবাক্তগী ॥

# লেপখো ভোং

মথৌ হল্লে থাওগী ময়া
তাবরা নৎত্রো কাঙ্খাও।।

কয়াম কুইনবুদি হৌনি
ঙাখানা ঙাবেল,
কবাউ মপালবু লৈবা
ফাবৌঙাবু ঙাবা।

লাউখি'দাযনে ভোংকি মতমদা
মীয়ামগী সেবানি
ইবৈবাক্কিদমক কংথোক্লবনি।

## লেপখো ভোং

অদুগা,
কবিগী মাংখি শ্বায লাউনা, লম্মৈথানবীগুম
নথ্বাযমক্লি খঞ্জবা ভোংকি লমজেলদুদগী
কাদ্রবা কান্দা, তুম্লবা মতমদা।

অমুক্তা মুন্না যেংউ
উক-উক লৈনা অকোযবসিদা
পাখঙবনা ফমখোঙ কোযবগুম।

পং থদংপি লৈখোক্তা
পুক্লিং হুববা শিঙেল লৈবাং কযা
অদুগা, নিংথিববা লৈ পবেং শেম্লদুনা
হুকখি অঙম্বশিংগী ঙকশমদা।

অদুবু কুইদে, ঙকশমদগী হুক্তোকখি লৈ পবেংদু
অদুগা, লাক্লুনা লংথোকখি উফুলদা
নেংশিনখি মীযাম্না চবেং-চবেং
থোংলবা লৈনাশিংদু।

অদুবু, লৈবাং শাংলকই, হৈবাং পাম্লকই
যেন্নিংথানা লাকপদা
কুমওল খুদিং লেপ্লা লৈতনা
সেবা তৌবি মীগীসু, লাইগীসু।
হৈবাংগী ব্রাকং, লৈবাংগী তেঙথা
তাবা লৈখিদ্রি তাইবঙনা
ঙবাংসু, ঙসিসু, লৈবোই তুংদসু।

যেংঙু হোসপিতালদা চংলগা
মথৌ যাম্না চিনবা
খোঙউপ অনিখক লৈবি'দু
আই সি যুগী থোঙজিন্দা ।

অনাবা হংবা লাকপশিংদুনা
থিংজিল্লি অমনা অমুক
হুমদ্রাক-হুমদ্রাক লাউনা
নমশিল্লি অমনসু অমুক
ইচিন-চিন্না শেগাযদৌ'খে।
অদুবু, ব্রাবৌবা নৈতে খোঙউপ অনিদু
মীযামগী সেবানি খন্না।

কবি মযাম থোক্লকই
ব্রাবেং-শৈবেং ইবকই
মনা ফংল'সু ফংদ্র'সু।
সেবাদি তৌবি খুন্নাইসিগী
অব্রাংবা থাক্তা ব্রাখল খন্নবা।

কবিগী শক্তম অমুক লাংবা যাই
ভোং কাহৌদ্রবা মতুংদা
ব্রাবেং-শৈবেং ইনবা
মাযথিহৌবগী মবমদুনা মচাক ওইবগা।
মদুসু মমল নাইদ্রবা সেবানি
মীযামগী, খুন্নাইশিগী, নৈবাকসিগী।

ভোং কাগে খল্লবা
চুম্না লেপ্লু কাগদবা মতমদা।
অদুবু, দাউ যেংবদৌনা লেপ্লদি
উ অকংবা শিং'ওইনৈ
মী অপঙবা লালো'ইনৈ।
লগাউ থাবগসু পাঙখক্লি
তম্বা ঙমদবা মুন্দাগী লাযুমদা।

লগাউদা মায পাক্লগনা কবি ?
লাইবক্তা শিন্দুব ঙাংশং-ঙাংনা নম্বা,

# লেপখো ভোং

মন্ত্রি ওইবগা শক্তি পাযবা,
ফম্না ঊচিদা ফম্লগা
মীযামগী লন-থুম ইমুংদা চেনশিনবা।

মঙদা মঙ্গা তাল্লগনা কবি !?
উইবি-উইবি তৌববা যেন্নাউ মচাগুম
ইংনা-চিক্না লাই নিঙবা
ঊচি মখুন্দা চঙলগা।
অদুগা, হঙ্গৎনা অমুক যেংবা
মুন্দাদা, কাক্তা কযা'ম থাকুবে
দোলাই ফৈনা তোংনবা।

গীতাদা হাযবি ঃ
"থবক অমা তৌবদা
কর্মগী ফল যেংগনু।"

লেপখো ভোং।।

# ইক...!!

ড্রুং ড্রুং ঙংদুনতা লৈ
কৈ লাবা অমা
ঙবাং নহান্দগী লেপ্তুনা।

পৈন-পৈনা যেংই মাগী লোযনবিদা
কোবিমুক ঙাংলবা মমিৎতু শুক্তোক্লদুনা।
যুমশঙবিদুনদি ইপা-পাখৎচবদুনা
মনিং থুংহন্নবা হোৎনজৈ
অবাম-খৌবাং পোক্লমাল্লে খঞ্জবদুনা।

মনিং থুংল'সু ঙংদুনা অদুম লৈবদুদা
যুমশঙবিদো চিংনদবা ঙল্লক্তে।

## ইক...!!

শঙলিংবগী মওং অসুম মাল্লকই
মাগী মীৎযেং-নাযেংদু।

কুক তাদুনতা লৈ কৈজাউদু
মখ্বাঙদা শেংপা খুদৈ অবাংবদুনা
ফাঁসিগী থৌবি কোঙ্গোয় মালহল্লদুনা।

যুমশঙবিদু অযৌবি থাক্তা চিংনবকই
নোংমা অহিং মমৈ অমদা
থেঙনা হঞ্জিল্লকখিবা মপুবোইবদু ।
মদুদনি, মঙোন্দগী নমখিবা মীহিং
ফোঙ-ফোঙ শাববা মীহিং।

নোংমা অহিং মমৈ অমদা
য়াম্না ফিংনা চেল্লকখি নুপা অমা
অশুকপা উমং অমদা
খা-বাই খংদ'খৈ
মথ্বায অদুতং হিংনবা ।

নমাংসু লাং নতুংসু তেন ওইববা নিপাদু
চহি পংলৈ-নৈশিন্দ্রি, নহানি।
যুন্নিংবা মফমদা হিংলবোই খল্লদুনা
চেল্লকখিবনি মথ্বায খুবাক্তা হাপ্লদুনা
শাহিংচাবা শাশিংগী উমংদা।

নহাদু শঙলিংবগী শক্তম লাংলুবনি
মশাগী লোযনবিমক্তদা
মখ্বাঙদা থোল্লিবা খুদৈ অবাংবদুনা
ফাঁসিগী থৌবি কোঙ্গোয শেন্নদুনা
যুম্বানমিন্নবিবা হকচাং তখ্বাযদুবু ।

ইক...॥

নহাদু মীৎয়েং কাবল চল্লুবদগী
মবা চেৎনা তাববা
হৈবাং পাম্বী, লৈবাং পাম্বীদু
মক ফুক্তৎখি চোল্লপ্না
শুপ্নতগী মীৎকুপ অমদা।

কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই,
মাযোক্লবে শঙলিংবা নহাদু
কৈ অমা, কৈজাউ অমা।
শ্বব থবেৎ-থবেৎ হোল্লম্বা
খৌবি চবমদু খঙফুন-ফুনখি,
ইক ॥

কৈজাউদুগী খযাৎতা তাখিবদুদা
খুবামদুগা মযাদুগনা শেৎখি
ফোঙ-ফোঙ শাববা
শঙলিংবগী থোৎলবা শদোংদু।

মতুং ইন্নখ্রে শঙলিংবদু
খুদৈ ফাওবা শেৎতনা
মাগী লোযনবিগী হৈনা তুংইন্না।

তোঙানবা মহাও অমা পিবকই
শঙলিংবগী ফোঙ-ফোঙ শাববা ঈদুনা
ঈখেং থল্লবা কৈজাউদুদা।

ঈখেংতনা মবুক থল্লবা কৈজাউদু
মীৎযেং কাবন চন
পুক্লিং-ব্রাখল লম্ফাংননা
ঈবাং কাবকই খোযজিখাদা।

ই্ক ।।

খুদৈ অবাংবদু পাযবদুনা
কুরু কন্না তাবি কৈজাউদু
শঙলিংবগী শক্তম লাংনবা।

নিংশিংবা ঙমদে মচাশিংদু উব'ফাও
কৈ নৈবা মফমদা ।।

## শিদ হিদাক

অহিংবা মীনা যাম্লা তানিংই
লাইবক্লেনগী পাউ ।
কবি পাউ ?
শাফগদবা মফম লৈব্রা'সিনি।

মী বাবে, হাযহৈদে, তশেংনা ৱাবে
অমুক্তি কদাযনো, ইপোক্কিনি খল্লগে
অদুবু, অনিবক্তি শুকঙম-ঙম্লবোই
মীবক্লেন্দগী লাইবক্লেন্দা শমথবকপদি।

লাইবক্লেন্দা স্পাই অমা থাসিবা
স্পাই প্রিন্সেস ওইনা
নংত্রগা, ০০৭ জেমস বোন্দ ওইনা।

## শিদ হিদাক

অদুবু, স্পাই প্রিন্সেসনদি শোয়দনা মায় পাক্কনি
কবিনা, মেনাকাগী নৌববা শাথেক
তগৎ-তগৎ তেক্লি ঙসিসু
মীবল্লেন্দসু, লাইবল্লেন্দসু।

লৈতে মান্নবা খুন্নাই
লাউবসু তাদ্রে মদুগীদমক
তুমিন লৈখ্রে মার্ক্স, এঞ্জেল, লেনিনসু
উন্না কুপশিনখ্রবা পুথ্রিগুম।

মহাত্মা গান্ধীগী অহিংসা
লৈতে মাগী মফমসু, পনফাও-পন্নদে।
মোইথাপ নাইমিন্নবি ইবেনপোক্কা
পোদোন মনাক্তা ফম্লদুনা।

শোযদ্রে হাযনা খল্লুবনি
অদুবু, পুমওন-ওন্নবল্লে,
মুক্লবমদ্রে সোসিএলিজমগা কেপিতেলিজমগা
তান্নবমদ্রে মীনিস্তব ওইনিংবগী লমজেল
লৈবমদ্রে ইঙ্খোল মুন্নবগী ব্রাথোকসু।

খল্লুই নুপিদি ইমানি
তাযোন্নবল্লে মসিমসু তশেংনা ।
নুপিদি লৈমা শিজা ঙাক্তনি
লাইবেনগী মমিৎ পানবশিংগীদি।

পন্নদ্র'সু যাবে দেমোক্রেসিগী ব্রাদি
লোযবে পুমচাই-চাইবে।
তাইবুংঙোশিংনা পানবা লম্মি খল্লুই
ওইবমদ্রে, শুকওই-ওইবমদ্রে।
ঙসিদি ইবুংঙোশিংগী দেমোক্রেসিনি
মান্নবা খুন্নাইবু নোংমৈ চিন্দোলদা লৈহনবা।

## শিদ হিদাক

থাজবোই, নচিন থি হাযনি,
তুমিন-তুমিন লৈনৈ কাচিন্দা
মতম অমগী তাইবুংঙো ময়াম অমা;
হিতলব, পোল পোং, ইদি অমিন
হেঞ্জুনহাগী কাঙজৈ-কাঙহ্ পাযবদুনা
মমৈ মক্রাঙ লোনশিনখ্রবা তাওবা হুইগুম।

ঊচি মখুন চঙথ্রে লাইসু
বাবন মযাম, কঙস মযাম্না লাক্লবদগী,
ঙসিদসু নত্তে, থায়নসুনি।
হিংচা-কোংচাবীগী মনম হেক নমদ্রবা
কৌর্কনি জগোয শাবী মেনাকা
তা ধিন্না নাধিন ধিন্না ।
মেনাকাগী লাযনাসিমতং লৈবমদ্রবা
মীসু, লাইসু ফনদি .।

কযাদি হোঙলে শেলদি
ইবুংঙোশিংগী মখুৎতা
চবুন-চবুন, প্রেক-প্রেক লাওনা।
লাইববসু পাযদ্রে
ইনাকখুনবসু পাযদ্রে
ইবুংঙোশিংখক্তনি শেল্লুংবা ওইবিবা।

দোল্লব ওইগেবা
যেন ওইগেবা
যৃবো ওইগেবা
ওইনিংবা ওইজসনু
ইবুংঙোশিংনা লেপ্পি শেলগী ভেলু ।

ইবুংঙোশিংনা লেপ্পি পোংকি মমলসু
লেপচব্য ঙম্বা নত্তে শিনমিনকাদি

দুকান্দাবশিংগীদমক্লি মখোযনা লেপ্লিবিবা,
পুন্না কাববাব তৌবিন্নবা হায’দুনি।
“অকুম”দি য়াওদ্রে অঙাংগী লাইবিক্তফাও
“অকা” ঙাক্তনি লৈচিল তম্না পাইবিবা
ঙক থেক্কৎলগা পৈশা মশিং থিবিবা।

অঅঅ ..উঙঙঙ  ইককক . ।
ইস! শিবমনিদা, খজিক্তা ঙাইহে,
ওস্থোকপা মঙ হায’দুনি
মকু মঙ হায়’দুবনে?

ইস! ওস্থোকপা ফিভম অমনি ।
পাংবা যাদ্রি লাইবল্লেন
ইবুংঙোশিংগী দেমোক্রেসিগী লৈঙাক লোযদ্রিফাও’
ইবুংঙোশিংনা মতেফমদা তেদ্রি’খৈ
ওৎলৈ-পালৈ খবা তৌখিগে মীবল্লেন্দা।
য়ানি, য়াবোইদবা কবি লৈ, মীবল্লেন্দবু।

শিদ হিদাক!
অযুক-নুংথিল ব্রাকিং চৎলগে
যু থকপা তোক্লগে
ব্রাবেং-শৈবেং পাবগে
ইংলিস ফিলম তোযনা যেংলগে।।

# ঐখোয় ইমা চং'তৌরে

ঐখোয় ইমা চং'তৌবে
পুম্লোই-লোইবে শেম-শাবা
থোংজিন কাম্লোক্কদবতা মঙাইবে ।

অদুগা, ঐনা লেপ্লি থোংজিন্দা
পিবাং পিবোযননা
যেংলি নিঙমদনা
ইমাগী অবোইবা খোংথাংদু ।

খংযৈ-যৈবকই থম্মোযদা
ইমাগী চাউববা ঈথক অমনা ,

## ঐখোয় ইমা চং'তৌবে

তাইবঙ চিঙ্গাক চিন্দম্বিবকখিবা
তাইবঙ মীবোন তম্বিবকখিবা
হৈনা থাংবা তম্বিবকখিবা ।

অদুবু, পাক্লা থাংলকখিদে
ইমাগী অবোইবা খোংথাংদু
ঐখোযবু থাদোক্লমদুনা মতম চুপ্পগী ।
ইমুং অসে থাদোকপা ঙমদ্র'মাল্লে
ঐখোয ইমাগী ইমুংসে
কবম্লসু ঙমগনি, ক'মদৌনা '

পুবা ঙল্লক্কে থম্মোয অসে
ইমাগী নুংহিক্লবা মাযথোংদু উকবগা ।
ঙসিতা খংলকপগুম তৌই
ঐখোযবু পোকপিবা ইমাবু ।

শমু পাঙ্গল চাউনবা
ফদি ফাবা শুম্বগুম শুমথ্রবা
খোল্লাং চিংথোকপিবতদা লৈকংলা ওনথ্রবা
ঐখোয ইমাসে অশি পাঙখক্লখ্রবিনি মীবল্লেন্দা ।

খাংবা ঙল্লক্রে, হিংনিংদ্রে
ইমীৎ অনিসে চেজেৎনা উইশিল্লে
অবান খুভম থিবিবা বুধগুম ।
কনাগী অবান খুভম ফংনবা ?
ঐগীবা নৎত্রেগা ঐখোয ইমাগীবা
খংবা ঙল্লক্রে ঐ মসিযাওবা ।

অদুবু, উবকই উইশিল্লিবা ইমীৎ অনিসিদা
মঙগুম-হাগুম, মশেন-মবাং
ঐখোয ইমাগী চিংনবা লৈত্রবা মাযথোংদা

## ঐখোয় ইমা চং'তৌবে

তাবিবা মক্ত্রবা মমি
থোংজিন অদু থুনা কাঙ্খোক্লিংবগী
মখোং য়েৎ অদুনা হান্না
মচাশিংগী মনাক্তা ।

হেন্না হেন্না নিঙম্লকখিদে ঐ
ঐখোয় ইমাবু উবগা
থিংবা ঙমখিদে পিগী ঈচেল
তু চুংখি খোংদগী তোন ফাওবা
ঐখোয ইমানা চৎখিগদবা মফমদুগী থল্লুবদা ।

ইমানা চৎখিগদবা মফম !
কদাযদা , লাইবেবাক্কি লৈকোলদা ।
ইমাদগী মাংওইননা হনথ্রবা
শিগৈজন, শোবেন, চুবাম্থাবশিং,
মানা নাউযোক্লকপা মচা মযামগী
অশিবা থরাযশিংগী য়াতাফম
অশিবগী লৈকোলদা ।

নাউযোক নাউকোল ফবি
ঐখোয় ইমা চং'তৌবে
নংহৌবোই মতাগুম, হিংনা হিংনা
অশিবা মচাশিংগী মনাক্তা
মীবম্লেনগী মচাশিংবু হুন্দোক্লম্লগা ।।

# অথৌবশিং য়াওরিব্রা

ফৈদাপুঙ ।
কংলা শাকোক অহুমদুনা
য়াম্লা তোয়না হংই
মখোয়গী মমাংদা চৎলিবা মীযামদুদা
অথৌবশিং য়াওবিব্রা ?

কনাসু খুল্লমদে
চৎখি অদুম মবি-মবি
নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবদুনা
মোংবা মবানয়াইদা ।

ঐ লৈতে হায়যু/৮২

## অথৌবশিং য়াওবিরা

অদুবু, নোংমতদি হংলুদে
কংলা শাকোক অহুমদুনা
অথৌবশিংগী শেংলবা নুমিৎতা
অথৌবশিং য়াওবিরা ?

পিদোন্না হিংই নুমিৎসিমদি
ফৈদাপুঙদা কংলা শাকোক অহুমদু
তাইবুংঙোশিংগী লৈবাক নিংবগী পাউজেল তাবদা।

কাপখৎলি নোংমৈ মক কযাসু
মখুৎ হল্লক্লবোইদবা অতিয়াদা
মীখা পোনখিবা নুমিৎপু নিংশিংলদুনা
যাম্না নিঙমদবা মান্না।

কযাদা কিজনা খাংলিবা
নোঙমৈ মখোলদু তাবদা
নোংমদোলথক্তা লৈবিবা শাকোক অহুমদুনা।
লৈবি যাম্না পাখৎপচবা অমসু
তাইবুংঙোশিংনা মীযামদা পিবা পাউজেলদা ঃ
"অথৌবশিংগী খুদুং ইন্দুনা চৎসি।"

ঙসিগী অঙম্বশিংনা মতুং ইল্লক্কনি খল্লুবদা
মীহুন-থাহুন শুনদে
থরাযনা পোম্থা ওইখ্রবা মবৈবাকনিংবশিং।

নুংহিক্লবা হেনগৎলকই শাকোক অহুমদু;
অমম্বা নুমিৎখক্তবু নিংশিংবা হৈনববা,
মিখা পোনবদা মীৎলুদগী পিবাং শিন্থববা
মদুসু ধোন য়ৈব-যৈবদুনা
কুমওল খুদিং লেপ্তুনা।

## অথৌবশিং যাওবিব্রা

অদুগা,
নিঙতম্বা নুমিৎনা অকাও পবৈ চনখ্রবা!
ওষ্মোকপনিদা, অগস্ত ১৪, ১৯৪৭
তাংনা ফংবা নিঙতম্বা
কংলৈচা অমত্তনসু কৎলদ্রি
লৈ মনা অমত্তং
অথৌবশিংবু নিংশিংদুনা
হবাও তযাম্বগা লোযননা।

কযাদা লিকচখ্রবা, কুপচখ্রবা
কাপখৎলক্কে নোঙমৈ মরু অমত্তসু
অহাংবা অতিযাদা নিঙতম্মা
নিঙতম্বগী চাউথোকচবা উৎলদুনা।

কনানসু চিংনদে, খম্বুনবসু লৈত্রি
অগস্ত ১৩দগী ১৫দা কাল্লগা চৎখিবদা।
খিকথবল্লি খোঙযাগী উফুল
অগস্ত ১৪গী লব্রাই লেম্ফুদা,
কুপ্লবা উফুল মবিক-মবিক্লা
থাগৎলকই যাম্না থানা, লৈশৌপুঙগুম।
মসিনা ফুমজিনখি অগস্ত ১৪
অকাও-পবৈ চল্লদুনা।

অমহা ওইবকই চীংলৈপাকসে
মনুং তিল চাববা
ফজববা অমুনবা হৈনৌগুম,
অশি হৈবোংগুম,
হৈবোং মনুংগী তুমিৎকুম।

মীবোল কযা চৎখ্রে
অগস্ত ১৪ বু কাল্ল-কাল্লদুনা।
নোঙমৈ মরু কযাসু চৎখ্রে

অথৌবশিং য়াওবিত্রা

কান্তুক্কা তোক্লিংগা থায়নবদুনা ।
ঙাকচবা ঙমখিদে অচেৎপা ব্রাশক
শবি শোনখিবা নোঙমৈ মকনা
অমুক্তং কাপচবা ফংল'দি
অগস্ত ১৪গী নিঙতম্বা নুমিৎতা
অহাংবা অতিয়াদা নিঙতম্বা
নিঙতম্বগী খোল্লাও পুবদুনা
মালেমগী লোয়লম শন্দোকপা মপুশিংদা
নাকোং শিংজা যৈনা ।

অদুবু, মীৎকুপ অদু ঙাইন-ঙাইনা
পুদুনা চৎখি নোঙমৈ মকনা
খাঙ্গুথক্তা থব্রায় কযা ।
অদুবু, খক পুদুনদি চৎখিদে
মীকিথি কযা, মীবেমখাক কযা ।
ঙসিদি লৈহৌবে নোঙমৈ বেবেলদু
মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবা
নোঙমৈ মকদুনা চৎখিবদগী।

চন্নফম লৈত্রবা ৩০৩ বাইফলগী
কোলহিং চাববা নোঙমৈ বেবেলদু
ফৈদুননা তাবি তুমিন
নিঙতম্লবা চীঙলৈবাক্কি কাচিন অমদা
নিঙতম্বা নুমিৎ অদুতবু নিংশিংলদুনা ।

নুমিৎ অদু নত্তনসু লৈত্রে
মিবাইবিববা নোঙমৈ বেবেল'দুগী শিজিন্নফম ।
অদুবু, কবিগুম্বদা ৩০৩ বাইফলনা
অনৌবা মপোক অমদা পোকখ্রবদি...।

মসিনি অগস্ত ১৪ না নুংনাংজবিবা ।।

# তাং মচা মচা

মীবেলশঙদা মীগী মী ঙাক্তা
কৃক কৃক ইন্নে
অহিংবসু অশিবসু ইতোৎ-তোৎশিন্নবদুনা ।
নাহেখোলসু অমত্তা তাদ্রে
পুমনম-নমহৎখ্রে মীনিলতনা ।

মঙফমদসু মীগী মী ঙাক্তা
কৃক কৃক ইন্নে
অহিংবসু অশিবসু ইতোৎ-তোৎশিন্নবদুনা ।
নাহেখোলসু অমত্তা তাদ্রে
পুমনম-নমহৎখ্রে মীনিলতনা ।

## তাং মচা মচা

অথেংবা অহিংগী অচিকপদা
নাহেবা তল্লকই অশিবা থৱাযনা
অহিংবা মীনা তাইবঙপালদা
হিংনা হিংনা নাহেবা উরুবদা ।
কযাদা হৌনা নিল-খোংলবা
লৈবক-কোন্সাং, ইমুং-মনুং
অহিংবা মীগী নাহেখোলতনা ।

মপুক্লিং ফাথৈ অশিবা থৱাযশিংনা
নাহেবা লেপ্লবা
অহিংবা থৱাযশিংগীদমক খল্লগা,
মমল যাল্লবা থৱাযবু
খুবাক-খুনম্মি খল্লদুনা।

অহিংবা থৱাযশিংগী নাহেখোলতনা
নাহেবা ঙমদ্রে অশিবা থৱাযশিংদু
মীবেলশঙদা, মঙফমদা, শোবেনপুঙদা ।
কযাদা কিজনা থাঙলবা
অশিবগী হক ফংদনা
অশিবা থৱাযশিংদুনা ।

হিংনা হিংনা শিববা থৱাযশিংবু
যাম্না কিজৈ অশিবা থৱাযশিংদুনা
মখোযগী মীফু, চৈফু কযাদা
শিবকখ্রবনি মশিং খংদনা
মতম অমগী তাইবঙপালদা ।

তশেংনা নাহেবা কিজৈ
মখোয তাখিনি খনবদা ।
অমুক্তসু হেন্না কিজৈ
মখোযগী অশিবা থৱাযশিংদুনা
মঙফমদা লাক্কনি খল্লুবদা ।

### তাং মচা মচা

অদুবু, মঙফম হেক য়ৌবকপগা
নাহেবা হৌবক্কনি
মখোযগী অশিবা থব্রাযশিংদুনা
খোনফম কাযনা, লৈযেং ফাইনা
তাং মচা-মচা তৌবদুনা
নাহেবা কিববা অশিবা থব্রায়শিংদু উবদা ।।

## মেপ য়েক্লি

মেপ যেকপদা খুৎ চৎলবা চিনানা
হনবা লৈতনা যেকই
অনৌ-অনৌবা মেপ
কম্প্যুতব মমাংদা ফল্লগা
মাউস অদু পাযবদুনা।

পাল, মঙ্গ্রা, মাইবেল থাবা যাদে
কম্প্যুতবদা যেকপা মেপকি ইঙ্খোলদুদা।
মওদা মঙ্গ্রা তানবগুম থোকই
কম্প্যুতবগী অনৌবা ইঙ্খোলদুদি।

মেপ যেক্লি

অদুনা, খোযদৌ শিকলকই
ন্নাবেম ঙাংলকই
খৎনবা হৌবকপা ঙাইদুনা লৈ
খোঙবাল ময়াদা লেপ্লগা।

মদুনা মায ইপাক-পাক্লক্রবদা
পুথোবকই অনৌবা পাম্বৈ অমা,
দুকান অমা ফমগৎলকই
খোঙবাল ময়া যাম্না নক্লা
অহোংবা মমলদা পোৎ যোল্লদুনা।

পোৎ শোৎপা যাহল্লি
শেন্দোয পিক্লা শেল পুহল্লি
খোঙবাল কানদুনা চংথোক-চংশিন যানবা।

শেন্দোয়-শেল্লেপ্পা লুপ্পক্লবদা
শাজিল্লি উপাক খোঙ মচা অমা
খোঙবাল চোংবা তোক্লগা
শুমাং-থেল্লোং পুল্লপ-পুন্নবা।

চিনাগী মতৌ কাবক-কাবক তন্নবা
লমষন অমনা যেক্লকই
জাৎ-জাৎকি মেপ
কম্প্যুতব মমাংদা ফল্লগা
মাউস অদু পাযবদুনা
চিংথোক-চিংশিন, শৈম্রে-নাপ্রে
পামজবা ঙমখৈ হেক থুংনা।

খাদা থাঙজিং, ন্নাঙব্রেন
অন্নাংদা কৌব্রু, মাবজিং
নোঙচুপ্পা কৌম্বৌজম লাইবেন্নী

মেপ যেক্লি

নোঙপোক্তা নোঙপোক নিংথৌ
খোযদৌ যৌশিল্লকই কংলাফাও।
মবাক-মযুংনি চিংলিবা
মঙলানগী মেপ অদু।

কোনশিল্লি মফম কযা
লমযন্দুনা মীতমদ্রিঙৈ' লৈবল্লবা
পাৎ-তুবেল, চীঙজাউ কযা
চিংশিনখি মাগী কম্প্যুতব মনুংদা
পামজবা মচু শংনবা,
অশংবা, হঙ্গামপাল, হিগোক
শম্বল ওইনা থেক্কোই-নাকোই
মশাগী ইঙ্খোল মশক তাকচনবা।

কবিদি পুবকই লমযন্দুদি ?
নত্তে, কবিনো মহাক্না পুবকপা।
তবং-মালংদা লাকপনি
মমিৎ অনিদু চেজেৎনা উইশিন
খুৎতুম চেৎনা শিংলদুনা।

খঙহৌদনা নিংশিংলকই পুৱাবীগী তাঙ্কক অমাঃ
কযাদা পাকথোক্লকখিবা নাজিগী মেপ
মখোঙ শাংলম্বা নাজিগী ফিবাল
ঙসিদি লৈবে অফা-অপুন্ননা
ম্যুজিযমগী চিক্লবা কচিন অমদা
তুকৎচবগী নিঙশিং খুদম ওইনা।

ঙঙ্গানবা কোবৌগী মঙালনা
যৈদুনতা লৈবম্বা বৃতিশকি ফিবালদুফাওবা
চিংথক্লে কংলা উত্রা'মাংদগী।
অদুগা, পাইদুনা লৈবি বৃতিশকি ফিবালদু

# মেপ য়েক্লি

ঙসিদি য়াম্না নিঙতম্না
ফিবাল মচা-মচা ওইনা থেৎনবদুনা
হি মচা-মচাগী মতোন্দা
পিক্লবা থেমস তুবেলদা হোল্লদুনা।

শেমখৈ্র-নাপ্রেবা ঙমখৈগী মেপ্পু
কম্প্যুতবদুনা লৌথোকখি মাগী মেমোবিদগী
মতম চুপ্পগী ওইনা
অদুগসু অমুক শিন্নথোককখি
শঙলিংবা ত্রোজান ভাইবসতা
বৃতিশ মচা গ্রীমরুদপু
পুথ্রম্বা কাজাওদা শিন্নথোকখিবগুম।

লমষন্দুবু কযাগী মতিক ব্রাবৌখিবা
কম্প্যুতব লাইবেপ্পীদুনা
মখুৎ তবা পালহনখিবগী
দুর্গা লাইবেপ্পীদৌনা
লম্মখাঙগী মেপ্পু যেকপা যানবা।
অদুবু, তাবু-তাগদ্রনে লমষন্দুগী মঙফমদুবু
মঙলানগী মেপ মনুংদুদা ।

ফজববা মঙলানগী মেপ্পু
অঙাংশিংগী খুৎতা তাথ্রবা মতুংদা
পাইথোক্লখিনি মচু-মচুগী তেলঙ্গা ওইনা
মমৈ শাংনা পানবিবদুনা
লৌবুক-লমহাংদা নুংঙাইনা ।

লৈন-লৈনা পাইবি
মকোক হেক ঙাউব'খৈ
ঙমখৈ লৈতবা অতিযাদা
মনিং হেক থুংজব'খৈ।

# মেপ যেক্লি

অদুবু, পুন্সি চেঙজেল লোয়বমাল্লে
ব্লাবক্তা পল্লি মচেৎ-মচেৎ শেগাযবদুনা
মথন্তা থৌবি যান্দুনা শিজববগুম।

কনানসু হাযবা ঙমদ্রি
থৌবি যাঞ্জববা নৎত্রগা যানবিববা।
কবিনা !
মমৈদা খানা লৈবগুম
উক-উক লৈবি তেলঙ্গাদু
মালংগী তান্থাদা, মকোক পুজবা ঙমদ্রবদৌনা।

কযাদি ফজবে ব্লাবক তযাল অঙাংবগুম
চন্নফর্মদি ইবৈ-হেক লৈতনা
অদুবু, শিথখিনি তেলঙ্গাগী মচুদুদি
কৌবৌগী মশেক মঙালনা মুনা-মুনা যেংবদা
মর্চাশংগী হৌবকফম খংদনা,
পোকফম, শাৎফম খংদনা।।

## কু কারবার

লাযেংশঙ
ফাবমাসি কযানা ইকোয-কোযশিল্লি
পুন্সি কন্নবা হিদাক যোল্লদুনা।
পুমযোম-যোম্মী দেকাদ্রোন ইনজেকসন্না
অশি হৈবোংনা শবিক যোম্বগুম যোম্লদুনা।

নেমথবক্তে মী শিবগী চাংদি
হৈ-লৈগী মখোক্লা লোযখিবনে
ঈঙাগী লেননা যৈথখিবনে
কুমগা-লাইগা পাখিবনে।

## কু কাববাব

মবকসিদা, কু দুকানসু যেপশিল্লকই
ফাবমাসিগী কাবক্তা, লন্তক-লন্তক ।
যুমথংনবে, লৈকায় অমদা
অহিংবগা অশিবগা পুন্না ।
কবি লাইৱাবু ওইবিগবা !

হিদাক লৈবগী চাং ৱাংলি'মখৈ
হেনগৎলকই কুগী পোৎশিৎসু,
কুগী পোৎশিৎ লাযেংশঙখক্তনা ফহনবা নত্তে
লৌবুক লমহাং, চিংযা-তমযাগসু
কুগা লৈনবকই অচেৎপা মবি।

কু শাবা নিপাদু
খুদাং-পান্থোম চোকথবকই
অশিবগী নিংবা থুংনবা হোৎনবদা ।
থোং-থোংনাউ, লুহোংবগী অউনপোৎ
চনবা লেপখ্রে উশুবদু ।
মচা-মশুশিংদা শিন্তাকপি
কুন্নী কালেন নাইদবা
কুগী শিনফম মাযপুনহৌনবা ।

নচিন থি হাযনি,
থাজবোই কুদগী লাকপা শেন্দোং,
হাযদে হাযনি 'তুংদা
ঙসিগী কাববাবদি অতৈ নত্তে
কুনি, কু ।

কু ফেক্তবিগী মশা লোংথোবকই
তোঙান-তোঙানবা মফমদা
মুৎলবোইদবা শিনফম্নি থাজবদুনা ।
কুগী মমলদি কবম্না, কনানা লেপ্লিবা ?

## কু কাববাব

থাজব্রা, থাজদে হায়নি
কুগী মমল অশিবশিংতনা লেপ্লি ।

কেপিতেলিজম চংলে কু শাবদা
পোৎথোক্কি মমল শিন্মিনা লেপত্রে ।
লেপ্তুনা হেনগৎলি অশিবা মশিংসু
অহিং তুমদে কুগী মমলসু ।

তুমিন্না লৈখিদে উ শুবগী মকোক্তু
চে কলম পুথোকই
ফজবা কুগী দিজাইন যেক্লবা ।
কনানবু খংবা, তম্ববু ঙম্ব্রা
কুগী দিজাইন কম্প্যুতবদা তৌবকপসু।
কবিগী থাদোকখিনি ইচম-চম্না
মীওইপোক্কি তাঙলবা খোঙচৎ'সিবু ।

হৌনদে উচমতনা লোযশিনবা
অনিবক হনবা যাদবা খোংচৎসিদবু
কবিগী অদুক তযাং-তশোযনা ।
নিংশিংবিবা চুমই খোংচৎতুগীদমক
লৈবি মবাং কাযনা
তিক, উনিংথৌ, লৈহাও ।

মসিদি পুন্সিগী মশকপু মুন্না খংবিবনি
মতম চাবিঙৈদা খম্বুকদ্র'সু ।
মদু তৌহৌদে হাযদুনা তোক্ল'দ্রা ?
মসিনি উশুবগী থোপ্তুদা নৈবিবা ।

নোংমৈনা কাপ্তুনা লৈখিদবশিংগীদমক
নিংথিজনা শেম্লবা কুগী দিজাইন,
কবম্বা দিজাইন !?

কু কাববাব

লফুথবো মওংদা শাবা কু !
অনৌবা দিজাইন, লৈমশিংদা খোযদাজবশিংগীসু
পোৎলোই মওং মানবা কু !
ফজবা ময়েক্লসু হক্লি কুগী মপালদা
ফনেক মযেক নাইবগী অকোনবা খোই ।
মসিখক্তবা ?
নত্তে, কুগী মথক্তসু হক্লি
ফুগাযনা শাৎপা অঙাংবা অতবগুলাপ ।

কবি অমুক হায়কনি
বেসতুবেন্তা ঙাউজবশিংগী দিজাইন্দি
কঙক্রা ঙাম্বক্লি মওং মানবা
মতোন্দা অথুম্বা অচাপোৎ যাওবা
আইসক্রিম মানবা কু।

পামজবা কযানা হাযবক্তবসু নত্তে
অনৌবা দিজাইন কযা কযা ।
শিবা নাইদ্রে কুগী কাববাবদি
শিম্মিনা পোৎকি মমল লেপত্র'সু ।

অদুবু, নিঙমদবা অমদি লৈবি
উ শুবা নিপাদুদা।
ঙসিফাও' পুথোকপা ঙমদ্রি
খ্বাইদগী মরু ওইবা দিজাইন,
শেঞ্জাবশিংগী কুগী দিজাইন।

কুইবে মকোক চিক্লক্লিবা
মৌবাংনা ঙাইনববা দিজাইন অসিগীদমক।
মথন্তা খল্লি মওল-মওল
শেলনা লৈব্র'জাৎলা থোপসিবু
ইশা কবিমত্তা খংহৌদনা ।

কু কাববাব

অসুম্ন-অসুম খল্লিঙৈ
নিংশিংবা লৈতে মশাগী দিজাইন,
কু শাবা মীগী কুগী দিজাইন ॥

# পৃথিবী কায়’দৌরে

পৃথিবী কায়’দৌবে
পৃথিবী কায়’দৌবে
পংহাযদা হাযনৈ
পংঙাংদা ঙাংনৈ।

পাখঙ-লৈশাবী চবুন-চবুন
লুহোংবসু উদে নংহৌবোই মতাগুম।
মৌনহা মাংখিবগী চাংসু
উদে, হান্নদগী হন্নবকপা।

## পৃথিবী কায'দৌবে

লেপ্তে যুম ৱাংন-ৱাংনা শাগৎনবসু
তোকখিবা উদে শাবা লোযশিন্দবসু
হেন্নবু তৌই শঙ্গাবগী ৱাখলনবু।

থাউ পংলৌদ-লৌশিন্নবসু উদে
ইক্রমিক ব্লোকেদ তৌবমদাইগী মতৌগুম।
সবকাবসু লম্বী পংশেমদ-শেম্মী
পংহাপ্ত-হাপ্পি থবকসু।

প্রাইভেৎ স্কুলসু পংলিংদ-লিংখৎলি
লৌবুক মযাই খন-খন্দুনা।
এঞ্চাং যোনবিসু পংথোক্তা-থোক্লকই
মদুসু, খ্বাইবান্নদ কৈথেলখক্তদা।

অমত্তসু যাওদে কিদুনা চেনবদি
কদাযদা, ক'মাইনা, কনাগা ?।
কাযনি, কাযনি হাযবিসিবু ক'মাইননো ?
পৃথিবী মতোমতা কাযজগদৌবি'বা
নৎত্রগা
থৱানমিচাক মথি তাবক্কুনা কাযগদৌবি'বা ?

অদুবু, থৱানমিচাক মথিনকাদি থুগাযবক্কনু
ঈজৎ যাওদে, লেমদে, ইকাযজৈ।
অঙম্বা কযানা পিক-থল্লবা
ইনাকখুনবনা পৃক-পৃক শৌববা
যুমশা কযা না শৌ-শাববা
পৃথিবীনি মুন্না খংলিবা নৎত্রা ?

তৌগে হাযবগা অমদি যাই
মদুদি, থৱানমিচাক মথিদু তাহল্লু
ইনাকখুনবশিংগী মকোক থল্ল-থল্লগা।

## পৃথিবী কায'দৌবে

হায়নিংই, চিন পেন্না, হায়নিংই
থৱানমিচাক মথিসু কেপিতেলিজমগী মীচংনি।
তাখি অচৌবা থৱানমিচাক মথি অমা
বসিয়াগী লমহাং-তুমাংদা, উন মবক্তা
চন্নযম অমত্তা হেক লৈতনা
শেন্দ্রাংদা পালহৌদ্রবা নাউবি মকুগুম।

কবম্মা হায়বোই, হায়বোইদ্রনে
শক মায যেংনবে, শেল চাবে
খুৎকনবা ইনাকখুনবা উবদা
মমৈ মক্রাং লোল্লে হুইনা।

লোয়নবাশংদি চাংপা যাখিবোই
চিন হাপ্লি হবোইনা।
নাংসু মখোয় ইনাকখুনগদবা।
লাংবদসু মখোয়খুদিগী চৎনা য়াদ্রে?

থমগানখিনি ইনাকখুনবাশংগী পক্কে-লনতৈগ
থৱানমিচাক মথিনা হাংখ্রবা মতংদা।
অদগা লাইবকশংনা অমুক ইনাক খুনখিনি
ইনাকখুনবাশংগী ঈজং চপ-চানা ওক্লদুনা
তুমিং কাওগী মযমযাও' পিবিদনা।

অদুনা, থৱানমিচাক মথি তাবক্রবা
কাযখিবা যাবোই পৃথিবী নঙ
যেংখিগদবনি লাযববা মশিং হেনগৎলকপা
লৈন-লৈনা নঙগী লম্বীদা।
কবিগী!
ইনাকখুনবা মশক লাযনা খংনবা,
থৱানমিচাক মথি থাদবা লাযনবা।

লাযববনা লাঙ্গোয চনশিল্লকপদা
কদাযদা চেনগনি ইনাকখুনবশিং।
কোন্নবোই নোংমৈ মরু
ঙাশং-ঙাংলক্কনি নোংমৈগী বেবেল
কুম্লক্কনি থাঙগী মযা
চোকথবক্কনি শয়েং-পাম্বোমসু
ইনাকখুনবশিংনা লাযববশিংবু ককথবকপদা ।

চবা হেল্লগা শিবসু শিবা
ইনাকখুনবনা হাৎলগা শিবসু শিবা
পৃথিবী কাযবগা শিবসু সিবা
কবিবু লৈবি খেন্নবা।

নোংমদা পোকপা মচানা
নিনি শিবা হৌনদে ।।

# নঙনা তৃমিন লৈবদা

চান্নবী
খুদি কয়া থিখি
খোঙবি অসি কাযবমখৈ
নঙবু উবদা ইকাযজবনা
অদুবু,
ফাওখিদে থম্মোযদা চৈনা মচেৎ অমত্তা।

মাযথোঙ মকা লামজখি
নঙনা উবমগনি খল্লুবদা
ঐনা হঞ্জিন-হঞ্জিন খুদি থিখিবদু
মসিনা থম্মোযগী পাউজেলনি
চান্নবী নঙগী থম্মোযদা পিখিবা।

ঐসে পাঙদবনি, পাঙদবা
তশেংনা পাঙদবা চান্নবী নঙোন্দা।
ঙসিসু ঙমজদ্রি
থম্মোযগী মপাউ কাঙথোকপা।

অদুবু, অমদি ঙন্নে চান্নবী
নঙবু হাযনিংঙাই লৈতনা নুংশিজবদুনা
নঙবু হাযনিংঙাই লৈতনা পাম্মুজবদুনা।

নঙগী নতুং ইল্লি
কোযইন-কোযইন ইন্নবদুনা
নঙবু শুকথা-থাদোক্তনা
নঙগী নমিগুম
নঙনা নদোম তুমিন লৈবদা
নঙনা হবাও মথোং কাবদা
মিংল্লদগী পিবাং শিঙ্গবদা, পুন্নমব।

কাৈ ওইনা, খংলবদা চান্নবী ?
নঙগী শম্ফুর্দি ওইনা !!
ইমিৎ অনাসিনা পেন্না যেংজনবদা
চাযখাগববা নঙগী শন্নাংদুনা
মবক-মবক্তা খঞ্জবরবসু
নঙগী তঙাংলবা খজাই
খোৎনা তনাবনা চিনবাল্ল অনি।

শর্মাজিগী ক্লিপ ওইনা !!
মীৎযম হোংবা ঙর্মদ্রি
চেংলবা খ্বাঙ
হাযথখিবা নিঙদু।

হিকথখিগদবা মান্না শেৎলিবা শাবি ,
চান্নবী, ঐনা চেজেৎনা ফাজিল্লি

## নঙনা তুমিন লৈবদা

ব্লাউজগা লোযননা শাবিদুবু
মচিন তুল্লবা ক্লিপকি পিন ওল্লদুনা।

ফিগে, মোইবাং ফি, বানি ফি
শেৎপদাযনে যাম্না কেনা-মৌনা
মিঙশেল মমাংদা কুইনা লেপ্পদুনা।
মবৈ পবেং, লৈ, খুজি, খুদোপ
শিজিনবদাযনে নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবদুনা।

লুকক্লা সনজিঙলোমদা হাযথখিদুনা
ইকায-ইকাযনা লোৎচবিবা
মবৈ পবেংগী মচিন্দু
অতৈ কন্নাসু নত্তে, চান্নবী।

চান্নবী!
নঙনা নিংঙাইদনা যাতাবি
পাল্লবা তেবাগী মোম্পাথক্তা
মোল্লবা মোন্তেক মোন্দুমদা
পুন্সিগী মঙলান কযা মঙলদুনা
ঐগী হাংলবা অতিযাদা।

অদুগা, চেঙহি মনম চুববা
নঙগী মঙলানগী ইরায-ইনিলদু
খিকথবক্লি ঐগী ইথক্তা
হকচাংপুম্বা পুমচোৎ-চোৎলসনু মতাগুম
নঙনা খংন-খংনা।

খংলব্রা চান্নবী!
খংলে, নৎত্রা?
ঐনা কবি ওইনা লৈববা
নঙগী ননাক্তা
নঙনা তমিন্না যাহিপ্পদা।

চান্নবী,
মমিগী পুন্সি চেঙজেলসু লোযখিনি
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না।
মদুনি চান্নবী, মমিনা খাঙমদ্রিবা
কাযনবনা ইমিগুম যৌবক্কনি খল্লুবদা।

চান্নবী,
নঙবু তবাম্না ওক্লমগে
অশি লৈবাক্কি থোঙ্গালদা।
নঙনদি খংলোই কবিমত্তা
অশি লৈবাক্কি অৱাবা কযা
থোনগৎনিংদে ঐগী চান্নবীদা
অৱা-পোৎলুম অমত্তা।

অদুবু চান্নবী,
কবি ওইনা লৈযু হাযবিবা
মমি লৈত্রবা থৱায ঐবু
অশি লৈবাক্তা
নঙগী নমি ওইনবা
নৎত্রগা নঙগী ।।

# ঐখোয়গী অমেরিকা দুকান

কিজৈ নোংমৈ পাযবা মী
লালহৌববু ওইব'সু
লান্মী, পুলিসপু ওইব'সু।

কাউবোযসু কিজৈ
সিনেমাগী বেদ ফাওবা কিজৈ
নোংমৈবু পাযব'দি।

নোংমৈ পাযবা মপুবোইবদু
হৈনদবজাৎনি মাগী নুপিনফাও'।

# ঐখোযগী অমেবিকা দুকান

নুপীদা শক্তি লৈবা অদুমহাইনা
শক্তি লৈ নোংমৈদসু ,
হাযনৈ মানা ঙমদবা লৈতে ।
অদুবু,
মাবু শিজিন্নবা মীদু যাওদ্র'দি
খক ওনসিনবা লৈতে
মবিল খুবা নোংমৈ চিন্দোলদু।

মানদি শেংনা খংলমগনি
শক্তিসি মাবা, মীবা।
মসিমসু মুন্না খংলমগনি
মাবু শাবকপা মীদুবু
কবিগী মাবু শাবিবা।
অদুগা, পাউথোকপিবি ফত্তবনা মঙোন্দা
নোংমৈবু শিজিন্নফম খংদনা শিজিন্নৈ হাযনা।

অদুদি, মবুক ফত্তবসি কনানো ?
মমিং পনবা কিবু কিজৈ
শক্তি হেন্না হাপচিল্লক্কনি
মাবু থিনা থিনা চৈনবা
অদুগা, মতোঙনা অমনা চাবা।

নোংমৈদি কুম্ভকর্নগুম্বনি
থা ত্তকক তুমদুনতা লৈবা ।
নত্তে, চহি চুপ্পা তুম্লিবনি
কঙসনবু কাইহৌকদ্র'দি,
কঙসা নত্তে কবম হাযনি মপুদুবু।

কঙসনা লৈঙাকপা
বাবন্না কৈবাক থাবা লৈবাক্তা
শাবি ন্যুক্লিযাব বোম কযা কযা

হুবান-লান্নাদা তুমিন্না
যাহৌ ইথেং-হেক থেংলদনা।

চবা হেনবনসু চবি তৎলিবা
খাঙপোকশঙশিংসু ক্কাক মখোং পুৎথবিবা
ইমুংদনা নোংযাহিনা লোক্তাক শ্যাবিবা
তুংগী যুম্বীবেলশিংনা খোঙককলাই চুবিবা
চবি তৎলবা লৈবাকশিংনা শক্তি পাযনিংলি
ন্যুক্লিযাব বোমগী মনিলদা।

মনিলদুনা পোক্লাউবিদা পোকখাযবকই
কযাম হৌনা, কযাম হৌনি মানবু
"পোক", পাইথোকখি শাইজিন্দগী শেন্দ্রাংনা
তাবু-তাবিখিদে মানা পোকখাযখিবদু
চোংঙা, ক্কাক, চবোইনা।

মীৱাসু তাবা, মৱাসু লৌবিদবা
যুম্লোন-কৈবোন্নবগসু চংনদবা
ঙসিগী বাবন, কঙসগী লৈঙাক
ন্যুক্লিযাব মিসাইলগী মঙলান্নি।

অমেবিকাদি কুইবে যাম্না কুইবে
ন্যুক্লিযাব মিসাইল থুপচিনখিবা,
ওন'দৌবে ইবেনপোক্কি ফুঙ্গা ৱাবি।
লিতল বোয, ফেৎ বোয,
মখোযগা হৌমিন-কামিন্নবশিং
চেকশিন্না থমম্ব্রে ম্যুজিযমদা।

মিসাইল মতোন্দু কোলহিং চাদনবা
কুপশিন্দুনা থম্লি অশংবা বেসোমনা।
মিসাইল কাপ্পবা বতনদুনা

হাপচিন্দুনা থল্লি দুকানগী বাক্লি মনুংদা,
ফোতো চামফমগী অমম্বা কাখু অমদা।

কনাসু লৈনিংদে নোংমৈগী মনাক্তা
ইশুক-শুক্তোক্লে মাবু উবদা
ফনা শক্তি লৈজব'সু।
হাযনদেদনা নোংমৈ মহাজন
পকপু-পকচব্রনে মিংদা'সিবো ?

পৈশাবুদি কমদৌবা !
তাঙাংনি, খুবাইবুংঙোনি, ইচেমশিনি
নিংথেমচামযুম নৎত্র'সু
কযাদা থকশি-খাশি উৎলিবা।
অদুবুদি, তাঙাং মহাজন হাযবিদনা,
কযাদা পকচত্রবনো, পকচদ্রনে।

তাঙাং মহাজন্না তুখিবদা
নুপী কৈথেল ইহাং-হাংলকই।
লুকমাযনা মহুৎ শিনখি যাংকোক্লি
পোৎলোযবগী হুমাই ওইনবদুনা।
অমেবিকাদি মালেমগী নিংথেমচামযুমি,
তাঙাং মহাজন মালেমগী।
ন্যু যোর্ক্লি ৱাল স্ত্রিৎনা তুমিন লৈখিবদা
মৈ মুৎলকই মালেমগী চাকখুম কযা।

দুকান ফল্লি অমেবিকাদি
মালেমগী মফম খুদিংমক্তা
যাম্লা নুংঙাইনা, হংচিক লাংনা
হৱাই-চেংৱাই, অচা-অথক
ফি-বোল, কাব, কম্প্যুতব যোল্লদুনা।

## ঐখোযগী অমেবিকা দুকান

কুইবে থোং লোনখিবা
মাগী নোংমৈ, মিসাইলগী দুকান্দু
পোৎশিং ফত্তে, নুংশিনবা ব্রাৎলি
যুম্লোন্নবশিংগা ফি শেম্নৈ
মতমগা চুনদ্রবা কাববাবনি হাযদুনা।

বন্ধান লৌবি
শেলহুনবি তৌবি
শেন্দোয চাবি
তঙাং মহাজন ওইবি, অমেবিকা।

লৈবাক কযানা কুক কুক ইন্নে
মাগী শুমাংদা, মাঙ্গোলদা, থোংজিন্দা, মনিংথোংদা ।
মালেম পুম্বা মাগী কৈথেল ওইবক্তুনা
নুমিৎ তাবা লৈত্রে ঙসিদি
অমেবিকাগী খ্বাইবাম্বন্দ কৈথেলদা।
পুম্নমক মাগী মী ঙাক্তা
যোৎশিনা যোৎচাবিদা নপখিবগুম
ফির্জিগ্রিনা ঈশিংদা তুম্বগুম।

কুইশিল্লক্লবদা ব্রাথোক লাকই
লৈবাক কযাদা শেল লৈতবগী
অমেবিকাগী কৈথেলদা লোযনা চংখিদুনা।
ফেক্তবিগী চিমনিদা মৈখু থোক্লক্ত্রে
শুফম-নোম্ফম ব্রাৎলক্লে
অমেবিকাগী পোৎ-চৈনা ব্রায চাইবকপদগী।

নিংবা থুংদবগী ঈহৌনা
নে তাবক্ত্রে লৈবাক কযাদা ।
অমেবিকাগী লান্মী থম্লকই
মকুপ-মপাংগী মতেং পাংবা ওইনা

## ঐখোযগী অমেবিকা দুকান

ঈবাং লাকশিন্নবা
দেমোক্রোসি পুবক্লবা।

মদুনবু হেন্না মবা তাশিনখি
অমেবিকাগী কৈথেল লাযববা লৈবাকশিংদা।
কুবাওহং চনবা হায'দুনি
লৈবাক কযা খংন-খংনা।

নোংপোক থোং হেক হাংবগা
শোযদনা হাংলক্ল'নি চীঙলৈবাকসিদা
"ঐখোযগী অমেবিকা দুকান" ।
ঐখোযনা পোৎ লৈগনি হবাওনা
ঐখোযগী অমেবিকা দুকান্দগী ।

অদুগা, চৎখিনি ঐখোযগী পৈশা
ঐখোযগী অমেবিকা দুকান ফাওদুনা
ঐখোযগী ফেক্তবিদা, কদাযদা
অমেবিকাদা লৈবা ঐখোযগী ফেক্তবিদা
অনৌ-অনৌবা পোৎ অমুক শাবক্লবা।

ঐখোযনা খোঙ্গ্রায নিক্লনা ঙাইগনি
অনৌ-অনৌবা পোৎ
ঐখোযনা শিজিন্ননবা
ঐখোযগী অমেবিকা ফেক্তবিদগী।

পোলোযদদি ঐখোয পোৎ লৈবা ঙন্নক্লোই
ঐখোযগী অমেবিকা দুকান্দগী, কোম্না।
ঐখোযগী অমেবিকা দুকানশিংনা লাঙ্গোয চল্লক্লবদা
ঐখোযনা লেপকনি মযাযদা নিঙমদনা
ইশাগী পোৎ লৈবা ঙমজদবমখৈ
ইশাগী শুমাংদা লৈবা দুকান্দগী
খোঙ্গ্রায যনা শৎচব'সু।।

## নমিং হোংউ

নমিং হোংদোকউ ইবো
নমিংগী মগুনসু ঙাকপা ঙমদবা,
নঙবু তুশোন-মানশোন
তুফক-তুফাই ইচল-চন্নদনা
হিংলি হাযবতা মঙাযবে।

লাইফ সেভিং ড্রগ
কাপ্পু পেন্না দেকাদ্রোনদু
শা-ষন হিদাক কাপ্লগী
অচৌবা সিবিঞ্জদুদা পিক থন্না হাপ্লগা
নঙগী লুখমদা চৎলিবা অচৌবা শিংলিদুদা।

নমিং হোংউ

মদুতদা যৌবা ঙমগনি
নঙগী ইফক-ফকচিল্লবা থোপ্পুদা।

যেংজৌ নশাগী পুন্সিদু
নপুক্লিং লম্ফাংনদনা
অদুগা, যেকউ যাম্না নিংথিজনা
নঙগী পুন্সিগী শক্তম অদু
অঙৌবা চেবাং অমদা।

নঙনদি থঞ্জবন্বা যাই
কবম্না চনগনি চেবাং অমদবু,
উশিৎতবনি মদু
কবেম্নবনি নঙগী পুন্সিবু।

চুম্মী, ওইথোক্তবনি খল্লি'দু
অদুবু, মদু মীযামগীনি।
থাজবোই নঙ, শুকথা-থাজবোই
নঙগী পুন্সিদু যেকপদা
ইকোম-কোম্না চল্লি হাযবা
অঙৌবা চেবাং অমদা
মদুসু, অপিকপা "এ-ফোব"গী চেবাং অমদা।

লেম্নু লেম্নিবনি
চেবাংদুগী মনিংথংবা মচেৎ খবা
মদুদা মেনশিনবা যাগনি নঙগী পুন্সিদু
নঙনা কবিগুম্বা থবক অমা পাংথোক্লবদি,
মদুসু নথৌনা লৈনা।

থাজদে নবিন পান্দেনে,
নমিৎ উইশিনগনু ব্রাখল খনবদা
যেংউ লাউনা পাঙথোক্লগা
তাইবঙপালসে মমুৎ তানা।

নমিং হোংউ

মমিং ওনখি দাঃ থৌদাম দামোদবনা
শ্রীশ্রী ভক্ত শ্বামী মহাপ্রভু
মক শিৎ-নান্না কোকথোক্তুনা
মোংবা মবালযাইদা হঞ্জিন্দ'খৈ
শগৈ-নাতৈ তুংওইনবম্লগা।

যেংবা হৌনৈ নঙসু
তাইবঙপালসিদা কবি চাবি, কবি থক্রি,
কবি ফোযবি, কবি মুল্লি।

যেংঙোই, নঙসু ওল্লু নমিংদু
ইবোতোন, মঙ্গী, সনাজাউবা,
হন্দোকখিবনা কৈ নঙগী নমিং "ইবো"।
মদুনা কবিসু থৌগংতে নঙোন্দা
হেন্নদুম ফংগনি শান্তী।

কনানবু খংবা, তম্লবু ঙম্বা
ইবোনা নঙোন্দ'দুম ওনখৎলকপস্,
চেং চাগ্রিং অমনা
চেং চেক্কোক অমা মাংথোকই হাযনা।

কনানবু খংনি প্লিসসে
নঙগী নমিংদুনা নঙগী লম্বী শেম্বিবকপসু ।
কবম্বা লম্বী '
অবোইবা লম্বী '
মীওইবনা অনিবক চৎতবা লম্বী।

ৱাকনু অদুবুদি ইবো
নমিংদি শোযদনা ওল্ল'দবনি
নঙনা যাবা খংদে, যাদবা খংদে।
নঙগী অনৌবা নমিংদু
তাবা ফংজবোই নঙ অমুক্ত'ফাওবা ।

## নমিং হোংউ

নঙনা অঙাং নৱা ওইবিঙৈ
খংহৌব্রনে নঙগী নমিং থোনখিবা।
চাউবা শাবেপ ফাবক্লগা
চিলহাও থিবকপনি পামজৈ পামজদে।

হন্দকসু খংহৌবোই নমিং থোনখিবা ,
নঙনা মঙথোং হেক কানশিল্লমদাইদনি
নঙগী নমিং ওনবিগদৌবি'সি
নংহৌবোই মতাগুম
মসিসু নঙনা অঙাং অমুক ওল্লবা মতুংদনি।
ফংলোই পাম্মী-পামদেগী তাঞ্জা
অঙাংনবু কবি খংবা।

হকচাংনা উৎ ওনবা নংদ্রিঙৈ
থোনবিগদৌবিবা নমিং অসি
যাইবি থৱাযনসু খংবিবোই
শমু হকচাংগসু তোৎনবোই।

নশা খংদনা নমিং ওন্দ্রিঙৈ
ওন্থোকচহৌবো পামজবা নমিং
তোবৈ-ইবৈ চেন্দনবা, ইবো ।।

## শেবোং মরি

মৈ মুংখি খংহৌদনা,
মন্দলে মাযকৈ পাংখ্রমাল্লে ।

উং ! মখোযনা থাজিল্লকপনি কাং হিদাক
অদুগা, ঐখোযনা পিথোকখিবনি মৈ ।

হোযদহৈ, খংনদুনা-যান্নদুনতা লৈবা যাত্রা
যুম্লোন্নব'দি যেংনদবা যাবিরা
লৈত-লাযবা, অরা-অনা ।

অদুবু, তৌহৈদে পুব্রাবি শেমদোকপদি
কবিগী পুব্রাবিবু নৌনা ইথোকপা ?

## শেবোং মবি

চুমদবনি থাঙগী থাঙফম লৌথোকখিবা
মৈদিংঙু পামহৈবগী থাঙগী দাকফম
অৰা কোনুংগী চাউববা থোংজাউদা হকখিবা ।

মদুদি, ইকাইবা মপাল শাংপনি
পাঙদবগী মহে যাল্লকপনি ।
যেংঙোই, ফৈদাপুঙদা শিং-শেংদুনা থল্লি
কংলা শাকোক অহুম,
বৃতিসনা শেল্লম্বা পুৰাবি ।

মুক্লবদুনা নহালগী পুৰাবি
নিংশিংবদুনা ঙবাংগী পাবা
ঙসিনা শেবোং মবি, মাইবেল মবি
খুঙ্গং অমগুল্লবা মালেম অসিদা ।।

## মঙারক কানবি

উবিপোক কাংঙচুপ লম্পীদ্
কযলাস ফজনা থাবে
শিং নাল্লে, কোঙ্কং লৈত্রে।
চাংজৌ নাইদ্রবা লম্পীদুদা
যাংনা-যাংনা থৌনবি
গাডী অচৌবা, মচা
পুক্লিং মকা লাম্না।

ঈবোইশেম্নগী মপা অদুদনি
মী চিনখংলকপা অযুক্কি মতমদা
মন লাবা অমা মোল্লি মোল্লি

তুবৎ ফাওবকখি লম্বীদুদা
মখাবোমদগী অৱাং পাংনা
চুমদ্রিং, অদুম চুমদ্রিং
লম্ফেল পাৎলোমদা অদুম।

যাংনা থৌবকপা গাডীশিং
ব্রেক খংফা-ফানবা লাক্রে
মশম মনা-চপ যুংবমখৈ
ফুৎ তবেৎকা অহুমগা চাউ-শাংবা
উচম্না কাবক-কাবক শাবা
কুদু শঙ-শঙ উবদুনা।

ষনদুদি . , কবিবু হাযকনি
শামু মথুন্দা পেনা খোঙবা হায'দুনি।
গাডী অমগী মনিংদা অমা
থোমজিল্লি শাফু কন্না
মথং-মথং হাইগৎলকপসু, হাইথবকপসু

শক-শযাং তেকই
ঈখেং হাথনৈ
হিংনবা হোৎনবদা মীচমশিংদু।
হাযনবা অমা লৈখি ঃ
"ষনদুবু ঙাক শেন্নবা চৎলিবা
পুলিস গাডীশিং উদে যাওবকপা।
মদুবু, যাওবক্ল'দি উবমগনি ষনদূ লাকপা
তপথবমগনি গাডীগী খোঙজেল
মীচমগী মতম মাংল'সু মাংনা।
তৌদুনসু লাক্লিদনা মথায-থাযনদগী
মীচম্না ষনগী সেবা।"

মুকম-মুকম শোন্নবা অমসু লৈখি ঃ
"ষনদু ষন অদুম ওইবি'জাৎলা

নৎত্রগা, মপুক্রিং শেপ্পা ষনলা
নৎত্রগা, ষনদু ষনদা অমুক হঞ্জিল্লক্ল'জাৎলা !"

তাম্না যেংনৈ লম্ফেলপাৎলোমদা
লৈখায তাবা ঙমদ্রবা মীচমশিংদু
ষনদুনা অদুম চৎখিবদুদা ।
মীচমশিংনা কিজবদি ষনদু নত্তে
ষনদুবু ঙাক-শেল্লিবা মীশিংদুনি ।

মীচমশিংদি ষনবু সেবা তৌজনিংবনি,
ষননা মীওইবগী পুক্সিনি
মমাংঙৈদগীসু, ঙসিসু ।
ঙসিনবু হেন্না মক ওইবক্লি
মীওইবদা ষন ।

ষনদু মীতৈ ষননি
পিক্তক নেমতক
মশা খিং-খিং লাওবদনা ।
অদুবু, চাউনদি কাবে মকমদুদি
ঙাখানা ঙাবেল হৌবদৌনা ।
ফনা যাম্না শাংলে মচিদুসু
লম যৌবদনা, মযাং ষনদৌনা ।

অদুনা, ষনদু মীতৈ ষনসু মাল্লি
মযাং ষনসু মাল্লি,
ইন্নফিদা মচু কযানা লাংবা
হাবি-জাবি হায'দুগা অমহানি ।
কনানবু খংবা, তম্ববু ঙমব্রা
শা-ষনদা মুক্সনকা হাযনবদু ওইবন্বসু ।

মীচম্মু হেক মাযোক্লব'দি
মযাং ষন নাবেকপা

মঙাবক কানবি

উকুমগী হন্নাইমতোনগুম তেথশল্লি
মশাদু পুন্নুপ হেক লুপ্না
শ্রীমতি বাধিকানা জগৎকি মবুংঙোদা কৎথোকপগুম।

ষনদো অসুম-অসুম কুমথখি
লেপ্না লৈতনা লম্ফেল পাৎকি লৌবুক্তা
পাৎতগী ওল্লকপা লৌবুক্কি লৌবিনি খংনা
চৎখি যাম্না হৈনা, মোং হাদনা।

পাৎযাইদা থাবিবা লফু পান্বীশিং
লাম্থোক্কুনা চৎখি হন্নফাও' যেংলমদনা,
নত্তে, লা চাবিবা ষন।
মপুক্লিংদদি খল্লি কযাদা নুংঙাইগবা
কোম্বীবৈগী পাক্লবা লম্পাক্তুদা
ফাও-ফাওদুনা চৎল'দি।

শাযোকশঙ মপা যৌবকপদা
নোকফেৎ তৌই ষনদু
খঙদে, মাগা যেক-শলাই তিন্নবগীবা।

নত্তে, নত্তে কদাযদগী।
শাগৈ-নাতৈ, যেক-শলাই লৈতে মঙোন্দা
মনিঙ তন্বা পামজবশিংদু
শাবং মনুংদা নিঙতম্না লৈজবম্বদুদা
পেঞ্জবনি মাগী থম্মোযনা।

মোমোন তৌনা অমুক লৈথোবকপদা
উবকই অৱাংবা থাক্কি মহৈকোল।
ফৎ লৈথোকখি মমাযদু
শাউবংননা, মুকুম-মুকুম শোল্লদুনা
যাবক্তা ঙংবা ৱাঙাংদা।

কবিদি ওইবিগবা !
খঙদে, মসিবু মওইবিদ্রনে ঃ
"মাবু নাবেং হুৎপা ঙম্বা লমহুইশিং
থোক্লকপা যাই মফমসিদগী ।"

মফমসি পন্থবা যাদে
থাশি মাযকৈ থোকই মতাগুম
খোঙথাং কনখৎখি যনদ্রু
লাঙ্গোল চীঙথকলোমদা ।
লাঙ্গোল লাইবেম্বী মপা যৌবকপদা
মীকোল থাগোন্নে ইমাবু
মাতগী নিংবা থুংজনবা ।

অঙম্বদু অসুম কাখৎখিবনা
যৌবে মঙাবক কানবি ,
আশবা হকচাং হুন্দোকফম
যৌবি যান্দ্রনা শিজবশিংগী ।
চংবা কিনবা মফম্লি
হিযাং অখৌবা থোকই হাযদুনা ।
ঙসিফাও' কিনবি, চংনদ্রি
অশিবা হকচাং হুন্দোক্রু'সিফাওবা ।

কনানবু খংবা তম্বু ঙম্বা,
ঙসিসু থোক্লি হাযনৈ মবক মবক্তা
হিযাং অখৌবদু ষন ওন্দুনা ।

ষনদুগীদি কোনুং ওইবি
মঙাবক কানবিগী চিক্ল' মফমসিদা,
অবোনবা কোনুং থাজদবা মফমদা ,
থাজদবা কোমদা ঙা লৈগল্লি ।

মঙাবক কানবি

কনানবু খংবা অউবা মীনসু হাযনবন্না ঃ
“হিযাং অথৌবদু ষনদি শোক্কে।”

মসিদবু চিংনদবা ঙল্লিববা
হিযাং অথৌবদুবু হিযাং অথৌববা
নৎত্রগা, ষনদুবু হিযাং অথৌববা ॥

# ঐ মঙফম তৌরি

ইঙ্খোল অমখক থিবি
পাক-চাউববা মালেম অসিদা
শুপ্লতগী ফুৎ ৭ শাংবা ৩ পাকপা ।

মঙফম '
ইশাগী মঙফম
ঐ ইশানা তৌজবি
ঐ ইশা হিংলিঙৈসিদা
ঐ ইশানা পামজবা মফমদা
তেক্ত-কাযদনা যাতানবা।

ঐ মঙফম তৌবি

ঐগী মঙফম !
পোৎথানবা ইংন-চিক্লা লৈবোন্নুংদা
কনাসু উদ, কবিসু তাদ
অমম্না লৈবোন্নুংদা।

হিংনা হিংনা শিববনি
কয়াবক হন্না ঐ
থৌজাল হৈববা মালেম অসিদা
শিবতদা ইপুম থিৎপমখৈ।

মীচেল !
ঐবু মীথিবোঙ মীতম্বাল
অদুবু, শুকযৌ-যৌহল্লোই তাইবঙপালদা
লৈবোন্নুংদগী ঐগী নাহেখোল
মৈশা লাংহল্লোই
ঐগী লোযনবিদা, ইচা-ইশুদা।

নাহেখোল !
কৈদৌঙৈদসু তাবিবোই
ঐগী পোকমিন্নবা ইচিল-ইনাউশিংনা।
মখোযশিংদো শোবেন, চুবাম্বাবা ঙাক্তনি
ঐগা ঈ তিন্নবা
ঐখোয ইমাগী মচাশিং।

নাহেখোল !
মখোযগী লাইনিংনি
পুন্সিগী থল্লিবা পান্দম্নি
মখোযগী সনা যাথঙনি
নাহেপুঙ অমা শেমগৎলগা
অহিংপুঙ অসিবু মহুৎ শিন্দোকখিনবা।

মঙফম মনাক্তা হৌবিবা
ব্রাংলবা হৈক্রেং পাম্বীদুদা
তোংলি লঙজা হনুবা অমা
অদুগা, মুনা মুনা যেংলি
কযা যাম্না লুনা তৌব'গে মঙফমদু।

তাবা উদে লঙজাদুগী মাযথোঙদা
অবাম-খৌবাংবসু, নোক্লবসু
অদুবু, লঙজাদু মমিৎ চেজেৎনা উইশিনখি
ঙাইহাক্তং, মীৎকুপ অম'নিদং
ধ্যান তৌবিবা নুঙগী বুধগুম।

এ। কবিবু তৌববনো
খঙহৌদনা পাইখ্রে লঙজাদো
ভূৎ ওক্লববগুম
যাম্না ব্রাংনা অতিযাদা
মঙফম তৌবা যাদবা অতিযাদা।

অদুবু, নঙ অমুক হল্লকখো
পৎথ-পুমথববা হকচাংশিংসি লোযশিন্নবা।
নঙনসু হেন্না পামগনি
হকচাংশিংদো শিগৈজনশিংগী ঙাক্তনি।

কনাসু লৈতে নঙ নত্তনা,
কনানবু লোযশিনবিগনি মখোযগী হকচাং
নৎত্রবদি, যেন্নিংথা লাক্লবোই
অমুক হন্না নিংথিববি মালেমসিদা ॥

# ঐ লৈরি ব্রাকনু

“কবিমতা ব্রাকনু
ঐনা লোযনা তৌনি
পেন্সনগী পৈশা লৌথোবক্লে।”

তোযনা হায থৌনা ফনা
থবক্তগী পোৎথাববা ওজা তোম্বনা।
ঙমখি’দৌ’তা নিংলি হনুবক্ল’ ফাওবদা
পৈশাগী পঞ্জাও কযা পুবা
পিকচববসু পেন্সনগী শেনফমদুনা।

মচা চাউবে
মমৌ লাক্লে

মশু লৈবে।
শেমগৎলকই মচাগা-মমৌগনা
অনৌবা পুন্সিগী পবিং অমদা
মশুশিং মীথোয-মীহেনবা ঙম্নবা।

খংদনা-উদবস্নু নত্তে
তুবেলগী ঈচেল হঙ্গৎনা চেন্দে,
চৎলি পিক্লবা পেন্সনগী শেনফমদগী
লুহোং-কৈহোংবা, শোবাৎকি পোৎযেং।

পুথোক্লুনা পিবি মাগী লোযনবিনা
প্রেক-প্রেক লাউবা তবা চৎপি
পলাদা অমুক্তং চংদুনা থানবা।

নিংশিংবা উদে মচা-মমৌদি
পালাদা খুকম-লৈপাইবগী চৎনবিসি।
অদুবু, নিংশিংগদবদি ইকুইবু-কুইদ্রে
ওজা তোম্বনা লৈখিদবা নুমিৎতগী।

তুংগীদমক মুন্না খল্লদুনা
শাখি অচৌবা শঙ্গায অমা
মচা-মশুশিংগীদমক।

কযাদা শানখ্রবা মাগী মীৎযেং,
চাউববা শঙ্গায অদুদা
চেন-চোংদুনা শান্নবি
থক-খা থুংনা, মশুশিংনা।
অদুগা মানা ,
পিক্লবা কা অমদা লোযনবিগা
মানা শাজখিবা শঙ্গায অদুদা।

খুৎ থেক্কুনা পাবি
কা অদু থাদোক্কুনা ,
ঙাইবি নুমিৎ অদু
লাকহন্নিংগুমসু তৌ
লাকহন্নিংদগুমসু তৌ
হাযফম খংদা খঞ্জাননা।

ইখং-খংহৌদনা নিংশিংলকই
যাচংলকপা মতমসিদা
মাগী নহা ওইবিঙৈ পুন্সি,
হেন্নবু ময়েক শেংনা উবকই
মাবু পোকপা বাজি
মঙোন্দগী মানা শেন্নকখিবা
মাগী ময়েক লাববা পুন্সি লম্বী।

মানা হিংলি ঙসিগী বাজি
থাযনগী বাজিগী শক্তম লাংলদুনা
হযেংগী বাজিগী শক্তম লাংলক্লিবা
মচা-মশুশিংগী মাং থাবদুনা।

মদুমক্তদসু হাযবা লেপত্রি ঃ
"কবিমত্তা ৱাকনু
ঐ লৈবি
পেন্সনগী পৈশা লৌথোবক্লে ॥"

## শৌগ্রিগী নিঙতম্বা

কোলোয মীংলেন ওন্থোকখিদুনা
ঙসিগীনা মণিপুব কৌববা লমদমসে
কযাদা পিকশিল্লক্কদৌববা
খাদা-ব্রাংদা, নোংপোক্তা নোংচুপ্পা।

পিক্লবা চীঙলৈবাক অসিদা
ওইবক্লি নিঙতম্বা তানফম "নিঙতমপুঙ"
অপিকপা, অচৌবা ফুরুপ কযাগী।

যেন্নবা কোন্নগদ্রা নিঙতম্বসিবু
মচেৎ-মচেৎ, মশুং-মশুং

## শৌগ্রিগী নিঙতম্বা

পিক্লবা চীঙলৈবাক অসিবু থুগাযবগা
মশুং তানা, শিঙকুপ শানা।

ঐগী নিঙতম্বা
লৈকাযগী নিঙতম্বা
খুনগী নিঙতম্বা
ফুরুপকি নিঙতম্বা
তোঙান চানিংবগী নিংঙাই।

তুথবকখি নিঙতম্বা শৌগ্রী পাম্বী অমা
নিঙতম্বা শৌগ্রী পাম্বী অমগী মথক্তা
শাফু কন্না, লোঙখ্রাক লোঙনা
মপাল মবা ঙম্না ফুকতৎচবদুনা
নপ্তেকখি অমগী মথক্তা অমনা।

কযাদি হোংনা ফংলবা
নিঙতম্বগী শৌগ্রী মরু
লৈকঙলা ওল্লক্লবা চীঙলৈবাক অসিদা
চিনবানখক্তদা লৈবা মহাওনি
থনুং যৌবা ঙমদবা,
লু-তোঙদসু চেনবা ঙমদ্রবা
নিঙতম্বা শৌগ্রীগী মহাওনি।

ব্রাবৌবি !!
কবম্বা ব্রাফমদা কবিগী, কনাদা ?
নিঙতম্লিংবা শৌগ্রীগী লমপাক্তা
চাউদমথিনবা শৌগ্রী পাম্বীশিংনা
চাউদম-ব্রাংদম্বা শৌগ্রী পাম্বীশিংদা।

কবিবু হাযনা ?!
শিবি মবাল লিশিং-লিশিং,

## শৌগ্রিগী নিঙতম্বা

মালেম ইমাগী তাংলবা লৈহাও
মখোয়তনা চুপ্লি পেন্না
কনাবুসু হন্না য়েংবিদনা।

পাক্লবা মালেম ইমাগী মতম্বাকসিদা
হৌবি উচান পাম্বী, চীঙগু, তাইবেন
নাপী-শিংবি, উবি-ব্রাবি কযা
কৃক-কৃক ইন্ননা।

অদুগসু, য়েৎলি উক-উক লৈনা
শোল্লবা উবিদুনা মনিঙতম্না
মফম কৈ'দসু চৎখিনু মতাগুম
পাঙল্লবা চীঙগু পাম্বীদুবু
হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্না
মালেম ইমাগী মতমপাক্তা।

উবিদুনা শক্তি পুক্সি ঈশৈ
উজাউদুদা তাঙজনা হিংল'সু।
খোঙ্গুমেলৈনা তাইবেনগী ফৈবাথক্তা শাৎলসু
যেল্লি লৈবাংগী লৈনম
খোয়মু ইল্লি মনিঙতম্না।
অদুবু,
কৈদৌনুংদা তাম্ভোক্তে উজাউদুনা খোযমুদুবু।

নিংশিংলিববা ?।
ইংলবা নিংথমথা খুদিংগী
ব্রাংলবা উচাল পাম্বী মতোন্দা
সাইবেবিযাদগী পাইবকপা উচেকশিংনা
ঈশৈ শক্তি তোংলদুনা
মশাগী নাৎ, শক্তম তাকচবদুনা।

## শৌগ্রিগী নিঙতম্বা

চিনকোনবি, চিনঙাংবি তেনৱাদো
শক্লি মাগী খুন্নুং ঈশৈ
কাক্কি মবক্তা চংলুব'সু
হোংবা লৈতে শৈহেক-শৈদা।

নঙগী কবি ৱাৎলি
কবিগী পাখৎলি, নুংনাংলি
নশাগী শক্তম মাংখিনি
নশাগী ঙমখৈ কাযখিনি।
যেংঙোই, পুম্নমক শাফোঙলকপা ঙাক্তনি
মালেম ইমাগী মতমবাক্তা।

নঙনা তাইবঙদা মঙফাওনবকপদা
মালেম ইমা লৈবম্লবদুনি।
মদুদা কবি পিবম্মী নঙগী তোঙান্না ,
অকক্লবা ঙমখৈ
অশেংবা ইঙ্খোল
নাপি-শিঙনাং, উ-ৱা।

অদুগা, ঙসিনা কবম্না তাল্লক্লিবা
ঙমখৈগী নিঙতম্বা
নঙখক্তা লৈগদবা ঙমখৈগী নিঙতম্বা।

ওইথোক্কদ্রা মদুবু
যাবক্কদ্রা মালেম ইমানা।
হংজৌ নশানা নশাদা
হঞ্জিন-হঞ্জিন তিন যোৎথবগা
নশাবু মতিক চাজবববা
দাবী অসিবু তানবগী।

মতিক চাবা ''
নশাবু মতিক চাবা মী,
যেংঙোই, মীৎযেং তাশিল্লু
পি থাদোইগী লোন্দা-পুদা
পিক থনবনি সাহিত্যগী মচাক্লা।

খম্লাংচাক্কি শাথেক-লুঙথেক
পিক থনবনি লিলা-ড্রামাগী মচাক্লা।
উথুমগী চাংজৌ নাইবা তাম্থাসু
পিক থনবনি জগোযগী মচাক্লা।

খুন্নাই, যাংনা থৌবা গাডী অমনি
ইঞ্জিন, তযাব, থাউ
ব্রেক, গ্যাব, থাউমৈ
চেল্লু যাদে শুনা যাওদবদা।

অদুনা যেংঙোই,
ইশাগী জগোয, ঈশৈ, সাহিত্য
লোল, মযেক, লাইনিং থাদোক্লবা
মতাম তাবে নঙগী খুন্নাইদু।

মতিক চাবা মী ''
খুন্নাইনা ফৌহাম শাৎল'দি
মশাগী শুমাংদি শিৎতনা
মীগী শুমাং শিৎলুই।
ফৌনা তেকথ'খৈ পাল্লিবা
যুম্লোন্নবগী পাক্লবা লৌবুক্তু উকবদা
নিঙদোল পোম্লকই, ব্রাবৌবকই
হাযফম খংদা, তৌফম খংদা।

অদুনা, ঐখোযবু থাদোক্তুনা চৎকে খনগনু
কোবী, হঙ্গাম, হব্রাইথবাক্তনা থন্না হৌবিবা

মালেম ইমানা থম্বিবম্বা
ঐখোয়গী নুংশিববা ঈঙ্খোলসিদগী।

অদুবু, কবিগুম্বা নঙনা নমদুনা চৎলবা
য়েংঙোই, নিংশিংঙু
কাযনা মৈশা ,
ঐখোযগী নত্তে, নঙগীনি।।

## ওজা ইবেমহল

বোল্লো বচচোং
অ সে অনাব ।
ক সে কৌব্রা ।
জোব সে বোল্লো
এক দো তিন
চাব পাঞ্চ ছে ।

হাঁ, থিক হে বচচোং
খানা তৈযাব হে
(মিদ দে মীলগী চবা ব্রানবা)।

## ওজা ইবেমহল

হিন্দিদা পাবা তাক্লি
সনালৈবাক্কি ওজা ইবেমহলনা
মীতৈলোলনা মহৈ তম্বিবিবা
তম্ফাজাউ এল পি স্কুলদা।

কবোক্লেনা চাকখুম চংলি
মৈশা লাংলদুনা
মিদ-দে মিলগী চবা ব্রান্নবা।
লুখাক-চগুমসু শেংই
মযাং মহৈবোযশিংদুনা চাবম্বদু।

লিববা স্কুল অমনি
তম্ফাজাউ এল পি স্কুল
ইম্ফাল মযোলমক্তদা লিংখৎখিবা।
লমদমসিগী যাইতোং-খমদোংবা কযা
হৌখি, চাউখি স্কুলসিদগী
লৈঙাকপা যাউবি মীবক তিন্দনা।

ওজাগা মহৈবোযগা যেংনবদা
মহৈবোযনা মশিং যাম্মী স্কুলসিদদি।
অদুবু, মীতৈ মচাদি অমত্তা তমদ্রে
সনালৈবাক্কি স্কুলসিদা।
খুৎলিংথ্রে মযাং মহৈবোযশিংনা
স্কুলসিগী ফানদা নে-তানা ফম্নদুনা।

হিপ্পা শোযদনা চল্লনি
মতম খবগী 'তুংদা
লৈহাও লৈবা ক্যামগৈদা।

পুযা মৈ থাবগুম্বনি
কংলাগী উত্রা শঙলেন মমাংদা।
ওজা ইবেমহল তৌফম খংদে

## ওজা ইবেমহল

কবম্মা,
নমাংসু লাং নতুংসু তেন।

ভাবাদা লৈবা ঙাক্তনি
পিক্লিবা মযাং মহেবোযশিংদু।
মমাশিংনা নুংশিনা থিনবিবকই
মখুৎ শম্বি-শম্বিবদুনা
সনালৈবাক্কি লমজাউ সবক্তো
হাইনা হুম্মা চৎলদুনা।

সনালৈবাক্কি অঙাংশিংনা চৎলি
মখোং মবি পানবা গাডিদা
মখোং লৈবাক তাদ'খৈ
পাইভেৎ স্কুল তম্মা।

কবি থিবিবা '
সাহেবশিংনা হুন্দোক্লম্বা অমনবা লাইবিকশিংদা
থিবি. যেংলি, কবি যাওবি।

মসিখক্তবা ' '
নত্তে, ফাক্তোক্তুনা যেংলি, থিবি
মঙ্গে থেঙ্কু যাইওইদ্রবা
সান্তা ক্লোসকি বোডাখাউদা
নুমিৎনা চীংযা যৈব'কানসিদা।

অমংবা নোংনা কুপশিল্লকই
নুমিৎ তাবমদাইসিদা
ফুদিৎ-ফুনা চুথবক্কদবগী মওংদা
ক্যামগেগী লৈহাও পুম্নমক চেম্থখ্রগে মতাগুম
ববাক তুবেলদা, নিংথি তুবেলদা
পম্বুংফম খংদনা,
মথং মথং, অসুম ।।

## হাঙলবা চাকখাউ

নুংহিক্লনা লেপ্লি
খ্বাইবাম্বন্দগী নুপী কৈথেল অহুমদুনা ।

অহিং নোংযাই খুদিংগী
তাবি নাহেখোল অমা,
নিঙতম্লিংবগী নাহেখোল
ইমা শর্মিলাগী কৈশুমশঙদগী ।

ইমাগী লানফমদি
পুন্সি কয়াগীনি, খুন্নাইশিগীনি,
মীওইবা জাতিশিগীনি।

তুমশিল্লক্লি যেন্নিং হুল্লকপদা
তগৎ-তগৎ তেক্লবা অশংবা উনাশিং
উজাও পামেল অমদগী।
অদুবু, থিংর্বদি মঙমদ্রি অমুবা আইন মানসু
নিঙতম্নিংবগী লৈবাং লৈনমদু।

শন্দোক্লকখি লৈবাং লৈনমদু
অরাং মেকুদগী খা মেকফাওবা।
চেন্থবকখি,মবুক পাববা তুবেল ঈচেলগুম
পেসিফিক ওসিন্দা, আব্যবিযান সিদা।
রাংমসু লানখি ইবায-লাযনা
আলপ চীঙজাও, হিমালয চীঙশাং
কৈশুমশঙগী অমস্না কাচিন অমদগী।

নোংমদি শোয়দনা ওইবকনি
খুনাইশিংগা [illegible]
কৈশুমশঙগী অমস্না কাচিন অসি
অমুবা আইনদুনা থুপখিবদা।

অদুবু, শ্রীগোবিন্দদি লেপ্লি শবিক মখোলদা,
শ্রীকৃষ্ণগু ভাইদুনা লৈবি
ইবেম্মা বাধিকানা মযুমদগী থোক্লকপা।

কংলা শাসু খোঙফম হোংদ্রি
মযা লাওনা কাথোক্লদুনা,
তিবি কোল্লি পাখঙবসু
খ্বাই নুঙজেং পুথ্রিদা,
হিযাংথাং লাইবেম্বাসু উৎথোক্লক্ত্রি
নুপী ওইবীগী থৌনা।

পুমকুপ-কুর্পাশিনখ্রে লৈমায অসিদি
অমবা আইন্না

### হাংলবা চাকখাউ

অদুবু, ঙাম্মোইদুনা লৈবি ঙসিসু
মখোয় পুন্নমক নিংঙাইদনা।

মখোয়গী খুয়াখাদা কৎলিবা শিঙেল লৈবাংশিংদু
লৈশাৎ তন্নকপনি
অমুবা আইন্না কুপশিল্লবা লৈহাওশিদা।
ঙাইদুনসু লৈবি মখোয় পুন্নমক
য়েন্নিংথা, অশিৎ-অৱান থা
কুমগী নোং কুমওল খুদিং।

অদুবু,ঙাইবি ইমা শর্মিলানদি
তবং-তবংবা অয়ুক্কী অতিয়া অমা,
নিঙতম্বগী য়েন্নিং হুল্লকপা
তাঙনা পোকচবা মীওইবগী মপোক্তা
হাংলবা চাকখাউ কাউথোক্লদুনা
খুন্নাইসিগীদমক, মীওইবা জাতীগীদমক ।।

## হল্লক্কনি থাজদ্রে

নিঙমদনা হনখি চীঙলৈপাকসিদগী
লুচিংপুবেল ইবাবতকি থব্রায মীবেলদু
তাঙবো চীঙগী চীঙখোংদা অমুক।
মবৈবাক্তগী হেন্না শান্তী লৈববা চীঙখোংদুবু
পামজনা খনখিবনি অহিংবা থব্রাযদুনা।

অদুবু, লৈ-লৈদুনা হন্না যেংলমখি
লুচিংপুবেলগী মঙক অদুনা
যাঙলেন শরু তেক্লবা খুন্নাইসিদা।

পুমহিক-হিকথখি
অহিংবা খোল্লাওতনা থল্লম্বা

লুচিংপুবেলগী মাযথোঙদু
নিক-নিক লাউখি পিবাংতনা
মীৎযেং শাল্লবা মীৎম্না অনিদুদা।

হাযচৎনবকখি যোৎকুল্লবা শমু হকচাংদু
চীংঙা মীফমগী ৱাহন্থোকপু
চুবান্থাবশিংগী ঙম্বোং-খাউ মনুং যৌবম্লদা;
পুক্লিগী নিংঙাই থিংনবা
লৌবুক মাযকৈ পাংলমদবদা।

খুৎচপ্লি ৱাংনা থাঙ্গৎলদুনা
মখৌ পোঙনা লাউবম্বা
সোসিএল ৱার্কবশিংনা ওল্লকপা
তাইবুংঙো কযাবু থেংনকবদা।

শঙলিংবশিংনা মঙথোং লাউনা হাংদোক্লদুনা
কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লবা
তন্দনগী লৈবাকসিদা
লোৎশিনবনা ফবে খনখি মথানুংদা
খুবাম চেৎনা পাযবিবা
অওনবগী মযা থৌববা থাঙ্গোলদু।

অদুবু,
অমখক্তংদি পেঞ্জখি লুচিঙপুবেলগী থম্মোযদুনা
অইবশিংগী মনা পুঙলবা উপালদু উবদা।

অদুমওইনমক,
হল্লক্কনি থাজদ্রে অওনবগী লুচিঙপুবেলদু
অওনববু থৌবাংনা ঙাইবিবা লমদমসিদা ॥

# ইমা কৌবা তাদে

শাংদ্রোং শাংনা যাতাবি
নম্মু তাইনংঙ মী অমা
মঙ্খমদা ।

মমিং অনীদসু চেক্তেংনা উইশিল্লি
নিংশিংনিংসু ঙাংনবি মমালোন্দু
পালেম মগুপাকাপনা শৈদম্লিনকখিনা মমালোলন্দু
লৈবেংযাওবা হৎপা উল্লক্রুদুনা
মালেম লৈশাদা তিল্লমদাক্তাসিদা ।

খভাইদনা নাহেবা হৌবকই
মকুনা মমালোলদা .

## ইমা কৌবা তাদে

লাক্লা লাক্লা খোঙলকই
শলঙকাকসু মমালোলদা।

ইনুং শোবা ঙাল্লক্লবদা
নুংশিববা খোঞ্জেলদা খোংলক্লি
চোংঙা, শেন্দ্রাংনা মমালোলদা।

মঙফমদা তুমখুল তাল্লিবা
মচি শাংবা লমশন্দুবু তুকৎচবদুনা
লঙজানা পাইথোকখি লাপ্লা।

ইচিক চিকহৌই মঙফমদু
লোম্থোক্তবগুম
ইমা কৌবা তাদ্রে মঙফমদা ॥

# ফোতো য়েংলি

ওন্থোকপা কা অমা হায'দ্রনি
থেংলি ফোতো মযাম অমা
ফক্লাংগী মাযকৈ মবিমক থুংনা।
অদুবু, যাওবু-যাওদে মমা-মপাগী
মশামক্কি, লোযনবিগী, মচাশিংগী।

মফম মচেৎ অমত্তফাও' পিবিদে
নোবেল প্রাইজ ফংলবা মীওইশিংগী
মাগী ফোতোগী কা'দুদা,
মনিংথোঙ থুনা হাংবা হৈতে
নুঙশং থুংল'কান্দা মহৈ চায হাযদুনা।

## ফোতো যেংলি

ফোতো ময়ামদুগী মনুংদা
খ্বাইদগী চাউই গান্ধীগী ফোতোনা
লৈ পবেং ফজবা অমা শিবিবদুনা।
নত্তে, মদু অহিংসাবু পাজরবগী
অদুবু, মাবুদি লাইগুম্না লাংলিবনি
মাগী ফোতো পৈশাদা হাপ্লগীদমক।
ৱাগী ৱানি ইমোইনু, লক্সমিদি
খোঙজেল তপ্পী, মচা পোকন্দে।

অদুগা, মানা হিপ্পি ফম্নুংদা
ফোতো ময়ামদুনা ইকোয় কোর্যশিল্লদুনা,
প্রসিদেন্ত, প্রাইম মীনিস্তর, চিফ মীনিস্তর, মিনিস্তরশিংগী।

মোন্দ্রংনি মানা শান্নবিবা
নোকমি-নোকাম তৌবদুনা,
অবাংবা থাক্কী মোন্দ্রং
মমায় অদু পাকথ্রোক-পাকথে
শিন্দুবনা ঙাংশং-ঙাংনা নম্লদুনা
থাযনগী হলাগাডী মাযবঙ
দোজ হায'দু হেক মাল্লদুনা।

মঙলান্দা শাবিবা ফুড়া
অপাইবা লৈচিলগী মথক্তা,
থম্মোয়দা যেক্লিবা শক্তম
কবম্না মখলগী দোলাইনো।

মপালথোঙদনা মীহ মগী সেবা
নোমমি নোকমি তৌবদুনা
অদুগা থনুংদনা, তউ তঙ তঙ
পনকাও-পাংনদে মী তাখিনি
নিংথৌ মনা ফল্লাং থেংলি।

## ফোতো যেংলি

শোম্থাংননা হাযদবা যাদেকো
কঙসনি কঙসা, বাবননি বাবন
অদুবু, শিংবদি শিংঙি'হৈ
ফোতোগী মযাযদা ধ্যান তৌই'মতিক।

মথি ফোঙহন্দে কৈদৌনুংদা
থাঙ, তেন, নোংমৈ
চবাংনৈ, ব্রাযাম্লৈ, চযেৎ-খোযেৎনৈ
লোন্না থবক তৌবা যাদে।

ব্রাথোক চাউবা বাবন-কঙস অনিদু
কবিবু নুংঙাইখি মখোযগী পুক্সি
থুনা কাখি শিঙ্খল তবেৎকি মথক্তা
মফি-মবোলফাও মফম মবাং খংদ'
ইকায-শঙ্গোই হাংনা।

অদুনা, খোযদৌ-ব্রা শান্নবি তোযনা
মাগী কাখু অদুদা
হৈবোং মনুংগী তুমিৎকুম
গুহা মনুংগী হংঙোইগুম
তোযন-তোযনসু শোল্লি
মচিন্দা মুকুম-মুকুম
কবি'নোমা মশিং থিবদৌনা
কাউবা যাদনা চিনফা পুনবা।

ওইবমগদ্রা ?
শোযবা হৌনব্রনে মোন্দ্রংদবু
ওইবম'নি পৈশা মশিং থিবা
ব্রাইকুপ পুবিগীদমক ব্রাবিবদুনা
নত্তে, শোযবে মাগীদমক।

ফোতো যেংলি

শোযদ্রবা ?
খুংতা পাযবা নপীগী
যাদা হুকপা ইচাগী
কুং লাউবা ঐগী
হবক্তা লিংথখিবনা বাইকপ পবিগী ।।



পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরম, ইম্ফাল হেক লিংখৎপা চহিদুনা সৌরাম তোম্বা লুরাংস্ ভাইস-প্রসিদেন্তকি থৌ পুখি। মসিগী মতুং চহি ওনবা নংদ্রিঙৈ প্রসিদেন্তকি থৌ থংনা-থংননা অনিরক পুখি। ইবগী লমদদি, শৈরেং-বারেংগী তাইবঙদা খোঙদাদ্রিঙৈ পাউ-চেগী কলমনিস্ত ওইনা চঙশিনখি। হৌজিকস্ পোক্রফম পাউ-চেগী কলমনিস্ত ওইনা লৈরি। কলমনিস্ত ফোরম মনিপুরগীস্ ভাইস-প্রসিদেন্ত ওইনা থৌ পুখ্রে। মনিপুরগী মরু ওইবা ফুতবোল তোর্নামেন্ত হায়বদি ''সি সি মিত'' অমদি ''মনিপুর স্তেত লিগ চেম্পিয়নশিপ'' তোঙান-তোঙানবা চুবশিংগী মথাদা শান্নরকখিবা মতম অমগী ফুতবোল শান্নরোয়নি। ঈশৈ অসুক্কি মতিক পাম্মী, শকস্-শকই মীতৈলোলগী মতম ঈশৈ থরায় তানা। থরায় য়াওমনবদুনা অপুনবা মনিপুর মতম ঈশৈ কাঙলুপ (অম্মিক) কি লাইফ মেম্বরস্ ওইরি। মহাক্কি শঙ্গায়দি সগোলবন্দ মোইরাং হনুবা লাই লৈরক, ইম্ফালদনি।

ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ-

১। লন্নাইগী ওইরদি য়াই সরকারগী ওইরদি য়াদে (বারেং)
২। কোকতাঙবা অমা এ কে অমা (বারেং)
৩। চান্নবী (শৈরেং)
৪। চান্নথোইবী (শৈরেং) মীওই অনিগা পুন্না ফোঙমিন্নবা)

ফংখ্রবা মনা ঃ

১। লৈশাংথেম সেমানন্দা নিঙশিং লোইনশিন্নোন মনা (২০১২) ''চান্নবী''দা



পেঙবা পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল ঃ মণিপুর